# পাখংবা লাইনিং



লাইথুরাম ইবোবী
ৱাংখৈ কৈথেল অশাংবী,
ইম্ফাল।

Printed at Shantl Press, Congress Bhawan,
B. T. Road, Imphal.




*Published by:—*
*Thokchom Nabachandra,*
Wangkhei Keithel Ashangbi, Imphal,
*On Wednesday the 13th September, 1995.*

1st Edition 1000 Copies.

PRICE RS. 40/- ( Fourty )

*Edited by :-*



**LAIKHURAM IBOBI**
Founder General Secretary,
Manipur Pradesh Congress Committee (I)
Ex-Governing Council Member,
National Co-operative Union of India, New Delhi
Thoushillen, Meitei Laining Marup.
Imphal.

---

## চমথোকচবা

লাইরিক অসিগী নামাই ১৭ শা নিংথৌরেল খাগেম্বগী মতমদা লাইনিংথৌ সনামহি অমস্তুং লৈমরেল শিদবীগী শকফম শেম্না হয়হন্না লিংখংখি হায়বহৈ মচাইনুংঙো সোনামনি অমস্তুং লৈমরেল সিদবীগী শকফম সেম্না হয়হন্না লিংখংখি হায়না পাবীনবা হায়জরি।

---

ইন. পুন্নমন অইবানী।



চোংথাম মেরাম্চা, লাইনিংহন



লাইশ্রম মেরা

লাইনিংহন



বাংথৈময়ুম গুলাপমচা

মৈতৈ লাইনিং মরুপকী প্রেসিডেন্ট

ওইরম্বা

## ময়ামদা হাইজবা



পাখংবা লাইনিং কৌবা লাইরিক মচা অমী অহল ওইরবা, পনথৌ শরুবা মৈতৈ লাইনিং মরূপকী থৌশীল্লেন ওইরিবা লাইখুরাম ইবোবীনা ইহুন। পুথোকপীরকপা উজবদা মহ ফোঙদোক্লবগী শেলগী অলাবগী শরুক খরদং থন্নু পুজো হায়হুনা তানপীরকপদা এনা হরাওনা য়াজহুনা ফোঙদোক্লকপনী। মৈতৈ ঈনাংকী ওইবা পাখংবা লাইদিং হাপবনা ঈশামক্লা খোঙদাজরুরগা মসিগী মন্নুংদা চেল্লিবা ঈচেল অহুদি খঙজদবা অহগা খঙনিংবগী ঈখৌলাংবহুদি অহুম্মক লৈজবা ঈখুরা ঈখৌ নাংবা করামুক লৈরমগনী হায়বসিসু এঙোন্দা কাওজবা মসিগীসু মথক্তা লাইনিং অসী পুথোকপীরবপা লাই ওইখ্রবা লাইনিংহনশিং অহুনা লাইনিং লাচৎ অসী পুথোক্লবা হোৎনরকপদা থেংনখিবা অরান্নুংডাইগী রারোলসু য়াওরবা লাইরিক মচা অসী ময়ামদা পুথোকপা হায়রবশী তশেংনা পাম-জবগা লোয়ননা এহাক্লা শরুক য়াজবনা। এহাক্লা শরুক য়াবা ফংজরিবা অসিমদসু এগী লাইবক ফবনী খনজে। লাইরিক অসিনা লৌনা হওরক্লিবা নহারোলশিংগী মথমদসু য়াম্না কান্নরগনী খনজে।

থোকচোম নবচন্দ্র মৈতৈ
পাংখৈ লৈগোল অশাংবী, ইম্ফাল।

## লাইখুরাম ইবুংঙোহল

## ( খগেন্দ্রজিৎ )



নুংশিরবা মরূপ মপাং পুন্নমক্তা এনা হায়জনিংলিবদি মালেমদা লৈরিবা লাইনিং লিচং পুন্নমক্কগী তাথররোইদবা, থোইনতুম হেল্লি হায়না খনবা য়ারবা পাখংবা লাইনিংবু পুক্লিং চেৎনা নীংলসী। মালেম অসীগী তোংঙান তোংঙানবা লাইনিং লিচৎশিংগী ফিদমফম ওইনরিবা, লাইনি হায়না লাৎনরিব-শিংগী মনুংদা মপা-মমা অনিমক্পু চপ মান্নলা নীংহনা, মপা মমা অনিমক্কী থৌজাল ফংখিবদি লাইনিংথো পাখংবতনী হায়না লৌবা য়াই। এখোয় পুন্নমক্লা লাইনিং অসিদা চঙ-শীনবগা লোয়ননা ঈপা ঈমাবু চেৎনা নীংজরবদি লাইনিংথো পাখংবগী থৌজাল ফংগনী, সিদবা মপুবু ফংজগনী।

# পাউজেল

মৈতৈ লাইনিং মরূপকী থৌশীলেনগী থবল পুবিরিবা লাইখুৱাম ইবোবীনা পাখংবা লাইনিং হায়না কৌবা লাইরিক অমা পুথোকপীরক্লিবসী য়াম্না কুপ্না য়েংজরে। পাখংবা লাইনিংবু লাইনিং লিচৎ অমা ওইনা হৌদোক্লুনা পুথোক পীরম্না লাইখুরাম ইবুংঙোহলনচিংবা লাই ওইখ্রবা ওজাশিংনা য়াম্না ৱানা হোংনহুনা পুথোকখিবগী ৱারী য়াওবা লাইরিক অসি উজবদা থোইদোক্লা মুংঙাইজে। ওজাশিং অহনা হৌবীরম্না থবকশিং অহু ঈশামকস্থু হাকথেংননা থেংনজহৌবনী অসম্বুং লাইরিক অসি ফোঙদোকপা অসিনা হৌরক্লিবা নহারোল শিংগীদমক্তদি মমল নাইদ্রবা থৌরম অমনী হায়না লৌজে। মালেম অসিদা লৈরিবা মৈতৈ মচা পুম্নমক্কী মফমদা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইনিংঙাই ওইগনী। মমল নাইদ্রবা নাইরিক অসিবু পুথোকপিরিবা লাইখুরাম ইবোবীবু থাগৎচরি।

শ্রীঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র সিংহ<br>
পণ্ডিত অচৌবা, মনিপুর পণ্ডিত লোয়শঙ<br>
তাং ৩০ | ৮ | ৯৪ ইং।

## CONTENTS

## পাখংবা লাইনিংবু হৌদোকপদা অচৌবা থৌদাং লওবীরম্বা লাইনিংহল তরেৎকী মিং মথাদা উৎচরি

১। লাইখুরাম ইবুংঙোহল (খগেন্দ্রজিৎ) ৱাংখৈ
২। ৱাংখৈময়ুম গুলাপমচা — ৱাংখৈ
৩। চোংথাম মেরামচা —খ্বায় লমাবম লৈকাই
৪। কারাম বিহুর ৱাংখৈ
৫। রাজকুমার সনামচা (কোকঙাংসনা) ৱাংখৈ
৬। লাইশ্রম মেরা য়াইস্কিপোক
৭। ৱাংখৈময়ুম তিনবীরেন (মধুসূদন) - ৱাংখৈ।

## হৌজিকমক মৈতৈ লাইনিং মরুপকী ৱার্কিং কমিটগী মেম্বর ওইনা থবক পুঁবিরিবশিংগী মিং উৎচরি

১। সাইরেম থানিল — থওবুরেল (প্রসিডেন্ট)
২। লাইখুরাম ইবোবী — থৌশীল্লেন (জেনঃ সেক্রে)
৩। অথোকপম ওজেন্দ্রো — জোইন্ট সেক্রেটরী
৪। থৌদাম মংগি — থৌপুবা
৫। থোকচোম নবচন্দ্র — ”
৬। হিজম ধনঞ্জোয় — ”
৭। থোকচোম ইবোমচা — ”
৮। থৌনাওজম য়াইস্কুল — ”
৯। থোংঙাম বারনী — ”
১০। খুরাইজম ব্রজমনি — শেল্লুংবা (ট্রেজরর)
১১। থোকচোম শামু — ”

# চুম্থোকচবা

লামাই ৫০ দা যাওরিবা ৱারোলশিং অহু মপুং ফাবা খৱা ৱাংপা অহুগা চয়েংনবস্থু খৱা লৈবগুম উরগনি হায়না খনজবদগী হেন্না মপুং ফানা অমম্মুং ময়েক শেংনা উবা য়ান-নবগীদমক মথাগী ৱারোল খরদং অসা হাপচরী:

কুরুম সিদবগী য়াথংনা অতিয়া সিদবনা বোরেই মালেম শেন্বা তৌরকপদগী শেন্না লোয়রহনা নুমিৎ, থা, খৱাম্নিচাক খোংজোম নুবী, শজিক থাবক চিংবা পুংমক মাগী মাগী মফমদা লৈহনা মথৌ তৌরবা মতম অসি ফাওবদু লৈশেন্নগী মতম হায়না থমজগে।

| | | | |
|---|---|---|---|
| লৈশেন্নগী মতম | চাউরাক্পা | চহি | ১,৫০,০০০ রোম |
| কহংকো চক | ” | চহি | ৩,০০,০০০ ” |
| খোংই হংদো চক | ” | চহি | ২,০০,০০০ ” |
| তয়ো হংকো চক | ” | চহি | ১,২০,০০০ ” |
| পয়ো হংকো চক | ” | চহি | ১,০০,০০০ ” |
| হয়িচক | ” | চহি | ৫,০০০ ” |
| হয়াচক | ” | চহি | ৫,০০০ ” |
| খুনুংচক | ” | চহি | ৫,০০০ ” |
| লাংবচক (কোলচক) | ” | চহি | ৪,৫০০ ” |
| লৈশেন্না লোইতবা মতনদগী | | চহি | ৭,৩৯,৫০০ ” |
| লৈশেন্নগী মতমদগীনা | | চহি | ৮,৮৯,৫০০ ” |

পুয়া কয়ামুক য়েংজরগা চাউরাকপা চহি মশীং খ্বায়দা উৎচরি, ময়ামগী পাউতাক ঙাইজরি।

# কচ্চরি

পাখংবা লাইনিং হায়না কৌবা লাইরিক মচা অসিমতুং লাইনিংথৌ পাখংবগী ঙাংলোৌখাদা তোল্লবা ঐনা কচ্চরি। এবু পোকপা পনথৌ লাইখুরাম ইবুংঙোহলনা লাইনিং অসীবু পামজরবা মীওইশিংগা লোয়ননা ইংশোক ১৯৪৬ কী এপ্রিলগী তাং ১৬, শক্তিবুগী থাবুঙ লৈবাক পোকপা নুমিৎতা রাংখৈ অয়াং-পল্লিদা লৈবা রাংখৈময়ুম গুলাপমচাগী য়ুমদা হৌনবী ইরাং থৌরম তৌদুনা, নুংলেন নংতুনা, নীপা পালাগী ঈশৈ শক্লুনা ফোঙদোকখিবদুদগী হৌরগা মদুগী মতুংদা থোরকপা অরাবা নুংঙাইবগী রারেল খরদং হাপচরগা মদুদা শকখিবা ঈশৈ খরদংসু লাইরিক অসিগী মনুংদা হাপচরী। করিগীদমক্তা পাখংবা লাইনিং হায়বসী লাইখুরাম ইবুংঙোহলনা পুথোক্লক-লিবনো হায়বদুসু লাইরিক অসিদগী ফংবীগনী। পাখংবা লাইনিং হায়বসী করাবু হৌবগে, করিবু খঙনগদগে হায়বদুসু অরিবা পুয়াশিংদগী ফংজরকপা খরদং লাইরিক অসিদা উবীগনী। লাইনিং লিচৎ অসী তশেংনমক নীংথীংবা ওমদনা কুইরবা মতমদগী মৈতৈনী চংনরক্লবা (Traditional) কয়াদা য়ুম্ফম ওইংগা চাংশংলকলবা, মতম অসিদসু চংনবা য়ারবা লাইনিং লিচৎকী হায়বগী অচেৎপা থাজবা অমগা লোয়ননা লাইরিক মচা অসী ফোঙদোকচবনী। লাইনিং লিচৎ অসী হৌগংলকপা মতমদা মৈতৈনা লাইশোন-তিনশোন, হৈকং-লৈকং তৌই হায়বগীদমক্তা ব্রহ্ম সভানা অমদি বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা মৈতৈ মচা কয়ানা খাংঙম্থক্তা মাঙহন্নবগী থবক কয়া তৌ-খিরম্মী। মতম অদুগী মণিপুরগী খাবদগী বাংলা স্কুলদসিয়েল

কোর্ট "চিফ কোর্ট" তা চহি ২ রোম ব্রহ্ম সভাগা কেশ থেংনখি। লাইরিক অসিদা কোর্টকী মরী লৈনবা রারোল খরস্তু হাপচরি। মতুংগী খুৎনমদা হেন্না মপুং ফাবা পাউদম পীবা ঙম্মনবা হোৎনজগে। মতম অদুগী লুচিংবশিংনা অসি-গুবা অরাবা খুদোংথিবা পুম্নমক অদু মাইয়োক্লুরগা পুখৎলক-পত্না হৌজিক্কী মতম অসীদদি মীনা থুগায়বা ঙম্মরোয়দবা লাইনিং লিচৎ অমা ওইরক্লে। হৌজিক্কি মসিগী চাওখৎননবা লৈজবা পাঙ্গল লৌশিং, থৌনা পুম্নমক অদু পুথোক্লুনা লৈহৌ-রিবা এখোয়না হোৎনবগী তানজা অদু লাক্লে। মদুগী শরুক অমা ওইনা লাইরিক মচা অসিমতং ফোঙদোকপা অসিনা লাইনীং অসি চাওখৎননবা হোৎনবদা শরুক খরদং ওইরবস্থু য়াবা ঙমগদ্রা হায়বগী রাখলদা ফোঙদোকচবনি। লাইরিক অসি খরা ঙন্না ফোঙদোক্লস্সু য়াবনী। অদুবু শেলগী অরাবা কয়া লৈবদগী মতমচানা ফোঙবা ঙমজদ্রিদে মদুগীদমক খুং-ঙাইজদে। হৌজিক্কি মৈতৈ লাইনিং মরূপকী থৌগল্লোয় অমস্থু ওইরিবা রাংখৈ কৈথেল অশাংবীদা লৈবা পোনচোম নবচন্দ্রনা শেলগী অরাবগী শরুক খরদং পুবিবা মরমদগী ফোঙদোকপা ঙমজরিবনী। পোনচেল চাউরবা থোবচোম নবচন্দ্রবু থাগৎচরি। মসিগী লাইরিক অসী পুথোক্লুবা হোৎনবদা য়েংজবা লাইরিক অমদি রেফোরেন্সশিংস্থু উৎচরি। এ ইশামনস্থ হৌবদগী অদুম্বক য়াওজরক্লুবা মীশক অমস্থু ওইদুনা ময়ামগী তানবা পুক্নমক য়াওজরকপনী।

১। মৈতৈ লাইনিং মরূপকী রারেপশিং, অৈখৈগী লাইরিক-শিং অতৈ চেরোলশিং. ২। ইরেংবা পুরারী, ৩। লৈশেম্লোন অরিবা, ৪। বংলৈ লংবা পাখংবা, ৫। শরোক লমনেন, ৬। চৈথারোল কুম্বাবা

থাবগী :—লাইথুরাম ইবোবী

তাং ২ | ৮ | ৯৫ ইং,

থৌশীল্লেন, মৈতৈ লাইনিং মরূপ,
রাংখৈ লৈকাই, ইম্ফাল।

# পাখংবা লাইনিং

য়েলহৌঙদগী হৌরকফুনা লৈময়োল অসিদা লৈরিবা মৈতৈ-শিংনা পাখংবা লাইনিং হায়বসী নাংনরক্লা । পাখংবা লাই-নিং হায়বসী করম্বা লাইনিংনো হায়না নৌহৌনা খঙনিঙবা পোক্লুরকই । মতাং অসিদা কোরৌথক্লা খোইসুমগী লাইরেম্বা তিনঞ্জবা লাইনিং পরয় চেৎলবা লাইনিংহন কয়ানা থম্মীরম্বা রাম্বা-লাইরিকলিং, মখোয়না তোকপীরম্বা পাউজাক কয়াবু ঐখোয়না নীংশিংনা চুপা । পাখংবা লাইনিং হায়রবদি তেং-বানবা অসিবু শেম্মীরকপা অমতা ঙায়রবা তেংবানবগী মপুবু খঙবা, লাইনিং হায়রি । অসিগুম্বা অমত ঙাইরবা অরেম্বা মপুবু খঙবা, লাইনিং অসিবু "ঐ" খঙবা, মপা খঙবা, মহাক মশাবু খঙবা, থরাই খঙবা হায়নসু হায়নরি । অদু ওইরবদি লাইনিং অসিদা হেক চঙলবা মাওইবা থাদংমক অসি তেংবান-বগী অমত ঙায়রনা মপাবু খঙলবা মীনি হায়না লৌবা য়ারগ্রা হেক্লা খঙলনরা হায়রবদি মতুদি নাত্তে মীওইবগী মনুংদা তাঙলবা লাইনিং পরয় চেৎলবা মী অথোইবাশিং অদুতনা খঙবা ঙম্মনি । অদুমখদি ওইরবদা লম্মী অদুদা চংপা পাম্বা মী অথোইবা হায়বতু ওইহনবসু মতুবু ওইবা পাম্ব। হায়বসিদি মী ওইবা খুদিং-মকনা পাঙ্কম থোকই । অসিগুম্বা মীওইবনা লায়না ফংবা ঙমদবা ইন্দুংক্লো মহাকপু ফংগে হায়রবদি করম তৌনা ফংবা

ঙমগদগে হায়বা বাহং অমা থোরকই। মতুদগীদি করম করম্বা খোইয়ুম লাইনা কংথ্রবগে অমম্ভং মীওইবগী মরক্কনা কনা কনানা কংবা ঙমথ্রবগে হায়বতু নীংশিংবা তারক্লি। পাখংবা লাইনিং হায়বা লাইনিং লগী অসি নৈনরকপা মতমদা তেংবানবা শেম্লকপগা মরী নৈনরকপা। মরম্না তেংবানবা করম্না শেম্লকখিবগে হায়বসি নৈনরবা মতুংদা মখং মখং নৈনননা খুৎ-লোয়বা হেল্লগনি।

## তেংবানবা শেম্না

তেংবানবা শেম্বা হায়বসিদা শরুক অনি থোক্লা নৈরে। মতুদি অহানবদা খোইয়ুম লাই শেমতুনা কোরৌ-নোংথৌ মরোল ৯ (মাপল) অমম্ভং মালেম নৈরোল ৯ (মাপন) শেম্বা, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ পুথোকপা মতুগা লোয়ননা নুমিৎ, থা, থরানমিচাক্লচিংবা পুথোক্লুনা মাগী মাগী মথৌ তৌহল্লকপা। অনিশুবদা তাইবং মী শেমতুনা খুন্দা নৈতাতুনা লৈহল্লকপা অসিনি।

তেংবানবা অসিদা মৈ. ঈশিং, নুংশিৎ, নৈপাক, অতিংঙা, নুমিৎ, থা, থরানমিচাক্লচিংবা নৈথ্রৈঙগী মতম অতুদা তেংবানবগী মপু শিদবা মথন্তমক তরংদা (অহাঙবদা) নৈরম্মী। মহাক্না তেংবানবা শেমলগে হায়না নীংলকপা মতম অতুদা অহানবমওদা নৈমরেন শিদবী পুথোক্লে। লাইনিংথৌগা নৈমরেন সিদবীগা অনিনা তেংবানবা শেম্লগী হায়না তারম্নে। অমম্ভং অতিয়া সিদবা, অসিবা অমম্ভং কোমজিন জুথোকপা হায়বা কৌবা মপাগী অকুম পুথোক্লে। শনচীং অমম্ভু পুথোক্লে। শনচীংগী মথক্তা সিদব মপুগা নৈমরেনগা পোংথাক্লুনা নৈরে। অতুগা মপাগী অহল অতিয়া সিদব য়েংহনা সিদবা মপুনা কোরৌ নোংথৌ মরোল ৯ (মাপাল) অতুগা মালেম নৈমরোল ৯ (মাপল) শেমজো হায়না য়াথং পীরক্লে। কুরুম শিদবগী

য়াথং মতুং ইমা অতিয়া শিদবনা ঈশিং কুংশিং পুথোক্লগা থেংগুগী মথক্তা লৈরোল অমা শেমলে। কুক্রম সিদবনা পীবিবা মকু পুমসিবা তোংহনা কোয়ৌ নোংথৌ ময়োল অমস্থ শেমলে। মতুং অহুদদি অতিয়া সিদবনা মনাও য়াইমা অসীবদা কুক্রম সিদবগী য়াথং মপুং ফাননবা কোয়ৌ মালেম শেমলো হায়বগী অতুং ইমা অসীবনা কোয়ৌ নোংথৌ ময়োল ৮ (নিপাল) অমস্থং মালেম লৈয়োল ৮ (নিপান) শেমলে। পুম্নমক অহু নিংথিনা ঙাক্লনবা মায়কৈ ঙাকপা লাই ময়াম পুথোকহনা ঙাকহল্লে। মালেম লৈয়োন ৯ ওইরক্লবদা থেংনা পনা ঙম্লরোই হায়হনা তাণ্ডারাইনাই পাখঙবা পুথোকহুনা তাণ্ডরোনাই পাখঙবনা মালেম লৈয়োল পুম্নমক অহু পুয়ে। নুমিৎ, থা, থর নমিথাক্লাংবা পুথোকহুনা মাগা মাগী মফমদা মথৌ তৌহল্লে। কুক্রম সিদবনা লাই পুম্নমক অহুগী নিংথৌ ওইহনা য়ায়েন্দুনা লৈরে। অসুম তোনা ক-হংকো, লোইশিল্লক্লবা মফমদা কুক্রম সিদবনা মপারী অহল অতিয়া শিদবা য়েংহনা হায়রকই।

পারিহন কৌজিক্তি তাইবংমী শেমলো হায়হনা য়াথং পীরক্লে। অতিয়া সিদবনা মনাও য়াইমদা শিন্নরে। অসীবনা শা উচেক্লাচংবা কয়াম্নুক শেন্নবা মতুংদা ময়াম্বুং অতিয়া সিদবগী মিতম লৌহনা তাইবং মী শেমলে। অতিয়া শিদবনা থবাই-মি হাপ্পিরবদা নিংশা হোল্লে, চংখোক চংশিন ঙমলে। তাইবং মীনা মথং মথং শন্দোরক্তুনা য়ামলক্লবদা শাথুম্নগে হায়না নইংলক্লে। মপারী অহুমবু কৌশিন্দুনা নোংখোং তারেংলক হন্না কোয়রুরগা হান্না থুংলবা পারিদা কম্বাল শিন্নরম্নগা শাথুম্নগে হায়না য়াথং পীরক্লে। কুক্রম শিদবগী য়াথং মতুং ইমা অতিয়া সিদবনা নোংশা তোংহনা থুংতা থাংলেন পায়হনা খোঙশানখ্রে। অসিবনা কৈ তোংহনা থুংতা থাঙলেম পায়হনা

লুংশিংকী মমাং থাহনা খোঙশামল্লে। কোনজিল তুংথোকপদি লুংখঙননা লৈহৌরে। মরমদি অতিয়া শিদবা হাল্লবা লাই অসিদি শিদবা মপুনা ঙম্বা পুম্নমক অহুবু ঙম্নবনী হায়বা লৈ-রিবা, অসীবা হায়বা ময়াম্বস্থ পাঙ্গলদা থৌনাদা মহাক্কা পাব ঙম্নরোই হায়না খনজম্নবা ময়াম্বনী অহুম্নদি ওইরবগা ফম্বাল অহুম্ন অহুমক পামজরিবনী। মতাং অসিদা লৈমায়ন শিদবীনা মপারা অতোমবগী অরাবহু কোকপীরগে নীংলহনা য়ারা পাউহংলক্লে। মপারীগী মপাও তাবদা লৈমা-রেং সিদবীনা মপাবুং কুরুম সিদবগী ফম্বাল অহু মপারা অতোম্বনা কংজরসন্ন হায়না খল্লহনা লমজাং মৈরা চুখংপীরে। পারী শানৌতোন, নোংগী মখোং লৈবা হৌনদে। পঙ্খো নপা কুরুম সিদবা অসিদি কোরৌ, মালেম, মৈ, ঈশিং নুংশিং, নুমিৎ থা, থরানমিচাক, খোইয়ুম লাই, তাইবংম্নী হায়হনা লৈরিবা অচংপা চংতবা পুম্নমক অসি পনঙ্খো নপা কুরুম সিদবা মঙোন্দগী পোকপা ঙাক্কান। পোং হায়বস্সু মহাক্কু, লৈচন হায়বস্সু মহাক্কু। পনথো নপাগী ফম্বালগী ফানখোং ৯ অসিবু য়েংগুইননা ৭লক কোয়ররবাদি নোংখোং কোয়বা হায়বহু শক্লগনি। মরম অহুনা পনথোগী ফানখোং ৯ অসবু ৭লক হম্না কোয়রগা নোংখোং কোইক্করে হায়হনা পঙ্খো নপাবু খুরমজো। অহু ওইরবদি পঙ্খো নপাগী ফম্বাল নংনা কংজরগনি। থৌজ্জসন্ন পারী হায়হনা পাউতাক পীরে। পলেম মমাগী পাউতাক মতুং ইন্না কোনজিন তুংথোকপনা পঙ্খো মপাগী ফানখোং ৯ অহুবু য়েং ওইননা ৭লক হম্না কোইকুরগা পঙ্খো মপাবু খুরমজরে। মপারী অতোম্বগী মতৌ য়েংলগা পারী শানৌ নংনা ঙজি তৌরিবসিদি কনানা তাকপীরগে হান্নবা হংলক্লবদা পালেম মমানা তাকপীবনী হায়না খুমজরক্লে।

পাৰী শানৌতোন, নহাক্তি পলেম নমাগী থৌজাল কংলদুনা। পম্হৌ নপাবু মশক খঙলবনিনা ঙসিদগী হৌনা পাখংবা হায়বা মিংথোল অসি পীবিরগে। তুংদা লাকদবা য়োইফু য়োইহেন তাদ্রকদবা পুম্নমক্তগীসু পাৰী নংনা অথোইবা ওইরসনু। পাখং য়োইফেনবা হায়নস্তু খোনবীরবনে॥ কোম্নৌ নোংখৌ মম্নোল ৯ (মাপল) মালেম লৈম্নোল ৯ (ম পন) অসিদা লৈম্বিবা খোই-য়ুম লাই তাইবং মী পুম্নমক অসিগী অশুপ্পা কম্বাল অসি শিন্ন-বীখি। নুহুপ য়াইরংচান্দ, লিরুং মখুংতু. তেম্নবীয়াই ওইবা খোমলেন তুমগন-তেন, লাইজ ঈপু-তেন, থাজ কোঙগায় শাবা তেন, তেনবী-কৌব্রাংকোন শাবা তেন, থাম্বী মৈচাং হওবা তেন, নোংলৈ ময়াং হওবা তেন, কাপ্পলা চিনাইবা-মালেম লৈশেম থাঙ. কোরৌ নোংহৌথাঙ, থাঙলেন য়াই ওইবা অদুং থাঙকোইয়াঙবা অসিনচিংবা অমাঙ-অতা লৈত্রবা য়াই ওইরবা খুৎলাই পুম্নমক শিম্নবীরে। লৈবাক ঙাকপগী পাঙতাক পাঙমেং কয়া তৌবীরমলে। মশাক্পা থোই হংকোগী মমৈ ওইরক্রবা সত্তমদা কোরৌদা পম্হৌগী খোংগুন লীরকউ। হৌজিক্তি নপন পম্হৌ এহাল কোরৌদা শুপ্পুনা লৈক্রবগে হায়রহনা চহি লাক ৩০০ রোম তেংবানবা অসিদা কুম্নৈ শানরমগা লৈমরেল শিদবীগা লোয়নন্না খোইয়ুম পুম্নমক্তসু পাঙমেমররগা। মকু পুক্নিবা তোংহনা লাবা নোংলৈফম. মিরেন য়াইকায়রক মতুং ইম্না কুরুম সনচাংদা কাখি। অসুম তৌনা পাখং য়োইরেন-নবনা মরেল ১০ দা লাই, মী হায়রহনা লৈরিবা পুরুমক অসিগী অসুপ্পা নিংথৌ ওইখি।

## পাখংবনা কম্বাল তোংবা

তেংবানবগী মপু কুরুম সিদবগী কোলোয় ময়াথংনা কোরৌ মালেম শেম্না লোইরবা, তাইবং পানবা পুম্নমক শেম্না লোইন-

হুনা উপাল-ৱাপাল, হেকোল-লৈকোল কয়া শেম্বা লোইশিনবা চীং-পাং কয়ামুক লৈম্বা মতুং অহুদা মপারী অতিয়া শিদব অসিবা অমম্বুং কোনজিন তুখোকপা, অছম্বু নোংখোং কোয় হলপা হারা খুংবা ছমগিবা মপারী অতোনবা কোনজিন তুখোকপাদা খুংঙ-খুংলাই পুম্নমক শিন্নবিবগা লোয়িননা মরোল অহনগী অম্বুগা ফম্বাল শিন্নবীয়ে। মতম অহদা কুরুম শিদবনা লৈমরেন শিদবী য়েংহুনা লৈমরেন শিদব, এখায় কুরুম সনচীংদা চংপগী মতম অইরে হায়রকপা। তম অতুদ লৈময়ে শিদবীনা, হায়খি। লাইনিংথৌ ইবুংঙো; লাইনিংথৌ ইবুংঙো শরুক্তি পারী অকোয়দা শিন্নবয়ে অতুগা লৈমরেন এদি কনাদা শিন্নগনি। লৈমরেন অইগদবা লাইরেম্বী অমা থিরগা ফম্বাল তোংখুম্লগা কোয়রো ফাবনা চুমগাং হায়খি। কুরুম শিদবনা অদুগ অচ ওইরবদি পারা শাকোইতেংপা ফম্বাল তোংশিন্নগদবা লাইরেম্বী কনা লৈবগে হায়রকপদা চীংখৈ য়াইকু নিংথৌনা মমোম লৈকক লৈয়ারেন কোবী অহুনা লৈমরেন কমখোল কাবদা মক্তিক চাগনি হায়বগী চীংখৈ য়াইকু নিংথৌ কোয়গা মমোম লৈকক লৈয়ারেনবু পাংং য়োইরেনবগা ফম্বাল তোংঙবা লেপনখি। কুরুম শিদবনা মারোল ১৮ দা লৈরিব খোইয়ুম লাই অমম্বুং তাইবং মী পুম্নমকপু মপারীগী ফম্বাল তোংবদা য়াথরনবা পাওজেল থারে। মাইকে অমরোমদা চীংখৈ য়াইকু নিংথৌনম্বু মমোমগী ফম্বাল তোংবদা য়াওবীয়ে হায়না লাইরেম্বী কয়াদা পাওজেল থারো, তাইবং খুপী কয়, দম্বু তায়জরে।

লৈকক লৈয়ারেনা খোঙপাল্লকপা :—

চীংখৈ য়াইকু নিংথৌগী কোয়াদগী খোইয়ুম লাইয়াম অমম্বুং

মপুনা মপা থঙজবনী, হওরককম থঙলবা, মমা নিঙজম্নবা মমাগী খৌজাল কংলবা, মপাগী মশক থঙলবা য়োইরেনবনী হায়রহনা পাখঙ য়োইরেনবা হায়বা মিংথোল পৌরীয়রবা লাইনিংথৌ লাখঙবা মিঙবা লাইনিং অসি তেংবানবগী মপুনা য়াথীরবা লাইনিংনি হায়না লৌবা য়াই। অসিগুম্বা লাইনিংথৌ পাখঙববু নিঙবা অসিবুম্ন পাখঙবা লাইনিং হায়না কৌনম্নিবনি।

পাখং য়োইরেনবগী মতম অসিদা পোকপদি নাইবা শিবদি লাইরমদবা তাইবং মীশিং অসি শিবা হায়বহু নাইরবনে। অমুম তৌনা পোকপা অমদি শিবা হায়বহু নাইরবা তাইবং মীশিং অসিনা থোইনা হেম্না শুংজাইজবহু খোইরুম লাইরাম্নসু হরাওনরে। হায়দি খোইরুম লাইশিংগা তাইবং মীশিংগা ইখেন খেন্নরমজে। লুমিং চয়োল তরেং, লোইদাম থাজ তরানিথোইগী খোঙচং, লুমিং থাগী খোঙচং পুয়মক খোইরুম লাই হায়ঙনা হৈরিবা পুয়মক্তা অমত্তুং তাইবং মীশিংদা নীংথিনা থঙহনবীরে। অমুম তৌনা লৈকক লৈরারেনগা লেয়নবা চহি লাক্ক [illegible] মালেমগী অমুম্না ফম্বালদা ফমহনবা রায়েনবগী থোই হংকো লোইশিল্লকুনা তয়োহংকো চঙ শীল্লক্লবা মতমদা কোয়ৌ হনবদা কম্বাল শিম্নরম্নগা মকু পুন্নিবা তোংহনা মপন-পংথৌ কুকুম শিদবগী মনাক্তা, কোয়েৌদা পুন্না লৈখি। কোয়ৌ হনবনা লাইনিংথৌ পাখংবগী থোদা মঙুং ইরা চহি লাক্ক অনিয়োম মালেমগী কম্বালদা ফমহনা রায়েন-থোদা তেরম্নগা পোই হংকো চঙলক্লবা মতমদা কোবরেন্দা মালেম অপুম্বগী কম্বাল শিম্নরম্নগা কোয়ৌ কাখি। কোবরেনা চহি লাক্ক অনিয়োম কোয়ৌ মালেমগী লাই অমদি মী হায়রহনা লৈরিবা পুরমক্কী অমুম্না নিংথৌ ওইহনা লৈবাক্কী রায়েন থোদা তোহনা লৈরম্নগা কোয়ৌনা পুখত্রে। খোইরুম লাই হায়রহনা লৈরিবা

পুম্নমকস্তু থুপ্তুনা লৈখ্রে। খোইয়ুম লাই পুম্নমক্কা থুপখ্রবা মতম অসিদদি তাইবং মী ভাক্রনা মালেম আসদা পানজরে। মতম অসিদস্তু শিদবা মপুগী থৌদা মতুং ইন্না খোইয়ুম লাইশিংগী মরক্তগী নোংপোক নিংথৌগা পাম্হোইবীগা অনিদি তাইবং মীগী মরক্তা অহুমক লৈহৌখি।

## হরিচক

খোইয়ুম লাই হায়হুনা লৈরমবা পুম্নমক অহুনা থুপ্তুনা লৈখ্রবা মতমদা তাইবং মীগী মতম অসিগী অহানবা শরুক অসিবু হয়িচক (সত্যযুগ) হায়না থৌনৈ। হয়িচক্কী অহানবা নিংথৌদি শিদবা মপুগী থোক্তাল ফংলবা "কংব"নী। হয়িচক্তা শিদবা মপুনা "লিলা পাখংবা" কৌবা শায়োনবীখি। মতম অসিদা নোংপোক নিংথৌগা পাম্হেইবীগা অনিনা তাইবং মীশিংগী মরক্তা তাইবং মীগুম। য়াওবীদুনা তেংবানবা শেমলকপগী মায়োল পুম্নমক তাকপা তম্বীখ মতম অহুদা লাই হরাওবা হায়বহু করিনো হায়দনু তাকপীবগা লোয়ননা তম্বীখি। লাই হরাওবা হায়রবসিমক অতিয়া শিদবা; অশীবা অতিনা লাইমংথৌ মাপন লাইনুরা অরুংকা লোয়ননা কোব্রো নোংথৌ মরোল মাপন শেম্বা লোইরবা, মালেম লৈরেল মাপন শেম্বা লোইরহুনা কুমিং, থা, থবা মিচাক থোক্লবা মতম অমম্ব-অঙ্গামবা হায়বহু থাম্বরা মৈ, ঈশিং, নুংশিং লৈরবা মতম অহুদা পুম্নমক অঙু শেম্বা লোইরে হায়বগী পাউ তারবদা শিদবা মপুনা লৈমরেল শিদবীগা খোইয়ুম লাইয়ামগা লোয়ননা কোইনা য়েংঙকপা মতমদা কোব্রো মালেম শেমলে হায়বগী হরাওরহুনা চোংলে-কল্লহুনা লাউরহুনা জগোই শাম্রে। খোইয়ুম লাই পুম্নমকস্তু হরাও মথোই কাবরহুনা লাউরহুনা ঈশৈ শক্তুনা জগোই শাখি। মসিবু লাই হরাওবা হায়না কৌই। হায়রিবসিমক নোংপোক নিংথৌ পাম্হেইবী অনিনা তাইবং মীশিংদা তাক-

পীবগা !লোইবনা হয়াওবহুমক হৈনলবা তমীখি । অমসুং কুমৈ ওইনা শাম্নখি । মৈতেগী লাই হয়াওবা হায়বসি মালেম লৈশেম-হৈদগী লৈরক্লবনি ।

## হয়াচক

হয়িচক লোইশিল্লকুহ্না হয়াচক ( ত্রেতা ) য়োশিল্লক্লে । মতম অসিদা শিদবা মপুনা "লোনজা পাখংবা" হায়বা শারোনবীরক্লে । মতম অসিদা চুমিথাংগী মচু তরেৎতগী অমসুং মুমিং চয়োল তরেৎতগী কিদম লোহ্না কংলৈপুঙ ময়োন অসিদা তোঙান তোঙানবা লৈবাক ৭ ( তরেৎ ) পাল্লিবা অসি শূ.ঙাই য়াইফনবা শীনবীরকখি । মৈ কৌবা লাইবু ইরাংপগী থবক কন্না তৌরকখি । অতিয়া শিদবা, অশিবা, পাখং য়োইবেবা অক্তম অসিবু মৈ, ঈশিং, মুংশিংনি হায়না নিঙনরকখি । লাইনিংথৌ পাখঙবধু মৈ কৌবা লাইনি হায়না নিংঙ.রকখি মতম অহুদা তা.বং মীনা শিরূপা মুমিং চয়োল ৭ তগী লোয়গা শিংখল তরেৎ শেমহ্না মৈ কৌব লাইনি হায়না নিঙনরিবা লাইনিংথৌ পাখংবদগী তৈথরকপা ( শন্দোরকপা ) মচ-মশুনি হায়বদগী কংলৈ পুংময়োল অসিদ লৈরিবা মীশিং অসিবু মৈতেই হায়না খঙ.রকই । সলাই ৭রেৎকী নিংথৌ পুয়মক্লা মৈ ইরাংপগী থবক কন্না তৌনরকই । শলাইশিং অহুদি (১) মঙাং (২) লুয়াং (৩) খুমন (৪) খাব-ঙানবা (৫) অ.ঙ.ম (৬) চেংলৈ (৭) মোইরাং অসিনি । য়াংবৈ. য়াইস্কুল, শগোলবন্দ নাচিংথা লমদম অসিদা মঙাংনা পানখি । (২) লাঙ্গোল লুর, শংবম্রনচিংথা লমদা লুয়াংনা পানখি । (৩) য়াইরিপোক, খোবাল. য়াংজিং, য়াবগাই, ময়াং ইম্ফাল, য়াংগোইনচিংব লমদম অসিদা খুমন্না পানখি । (৪) খুরাইনা কোল্লিবা লমদমদা "খাব"না পানখি । (৫) লম্লাই ম.ঙকৈদা "অ.ঙ ".। পানখি । (৬) নম্ফোল লম্যোং মাইরঙ্গা "চেংলৈ"না পানখি ।

লাইনিংথৌ পাখংবনা য়েংথবরুবনী । লাইওইরবস্মু অথোইবা লেন ওইরুবা লাইনি হায়রবগী নোংদা লাইরেন পাখংবা হায়না কৌখিবনি । নোংদা লাইরেম পাখংবগী মতমদা পৃথিবি লৈময়োন অসিদা চহি কুনজা মখক থওনা রাবী করা ইচুমা থম্বগী থবক হৌরকখি । ইবা পাকগী থবক্তা কনখংলকখি । ত্তলেং-নমক হায়রবদা কংলৈ পুংমরোল অমদা শকপা-শোনবগী থবক্তা কনখংলকখি । খুমন নিংথৌ পোশৈরেত্তোনগী মচন কপী খুমন চপ্পু লাইসনাবু লৈমরেন হাপ্পুনা খুমন লৈবাক্তা য়াম্না অকণিবনা পামজিনখি । শলাই পুমমক্তু সুংশিনমা লৈমিররকখি । মালেম লৈশেম্ব মতমদগী চহি লাক মোইপ ২০,০০০ ( লাক মোইপ অমেং নিপিং কুন ) লোমগী মতুংদা নোংদা লাইরেন পাখংবনা লৈমরোন অসিদা শাইওনকপদগী লৈময়োন অসিগী হীরম খুদিংদা চাওখংপা হায়বসু ওইখি । লাইনিং লাইশোনগী মায়কৈদা য়েংলবস্মু মৈ কৌবা লাইবু থম্বাংপা চংনরকই । মৈ কৌবা লাই অসিবু পাখংবমা শাক-নক্তু নিঙলে । মৈ হায়বসদি অশাবনী অহংগী নুমিৎ অসিস্মু অশাবনি । নুমিৎ অসিস্মু পাখংবগী মচানি হায়বগী রাখন্দা শেন্না নুমিৎকী মশক মা শাবগা পাখংবা লথোলবনী হায়-জনা লাংলরকই ।

## পোইরেত্তোন খুন্থোক্কপা

পোইরেত্তোমা থমুং লৈবাক্তগী লৈমা লৈনাও তাবীগা থমুং লৈবাক্তা অকন-অথৌ করাগা, খুংগু খুংলাই করাগা লেপ্লগনা তাবংদা খুত্তোয়ক্তুনা কংলৈদা পালরে । পোইরে-ত্তোনা পারে হায়বগীদমক লৈবাক অসিগী মমং পোইরৈসনা লৈময়োন হায়না কৌখি । মতম অমগী মতুংদা নোংদা লাই-রেন পাখংবনা লাপ্লাযক্তুনা কংলৈগা নিংথৌ খুবম অসি নোংদা লাইরেন পাখংবনা কংহৌরে । অদুগা পোইরেত্তোনা খুমন লৈবাক্তী

| মথং মনাও মশিং | নিংথৌ শংগী মিং | ইং কুমজা |
|---|---|---|
| ৪ | মৈদিংঙু খুই নিংঙোম্বা | ৩৬৪ ৩৭৯ |
| ৫ | " পেংসিবা | ৩৭৯— ৩৯৪ |
| ৬ | " কাউথংবা | ৩৯৪ ৪ ১ |
| ৭ | " নাউথম্বা | ৪১১ – ৪২৮ |
| ৮ | " নাউকংবা | ৪২৮ — ৫১৮ |
| ৯ | " সমৈরাং | ৫১৮— ৫৬৮ |
| ১০ | " উম্বা-কোনথৌবা | ৫৬ — ৬৫৮ |
| | চাহি ৫ নিংথৌ পাম্ব। | |
| ১১ | " নাউথিংখোং | ৬৬৮ — ৭০৩ |
| ১২ | " খোংতেকচা | ৭৬৩— ৭৭৩ |
| | চহি ১১ নিংথৌ পান্দে। | |
| ১৩ | " কৈরেনচা | ৭·৪ ··৭০৯ |
| ১৪ | " য়ারবা | ৭৯৯ ৮২১ |
| ১৫ | " অয়াংবা | ৮২১—৯১০ |
| ১৬ | " নিংথৌ চেং | ৯১০—৯৪৯ |
| ১৭ | " চেংলৈ য়েপান লানথবা | ৯৪৯ ৯৬৯ |
| ১৮ | " য়াংলৌ কৈকাবা | ৯৬৯— ৯৮৪ |
| ১৯ | " ইরেংবা | ৯৮৪—১,০৭৪ |
| ২০ | " লোইয়ুম্বা | ১,০৭৪— ,১১২ |
| ২১ | " লোইতোংবা | ১,১১২—১,১৫০ |
| ২২ | " আতোম য়োইরেম্বা | ১,১৫০— ,১৬৩ |
| ২৩ | " ইয়ান থাবা | ১,০৬৩ ১,১৯৫ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৪ | মৈদিংঙু | থবান থাবা | ১১৯৫—১২৩১ |
| ২৫ | " | চীংথং লানথবা | ১২৩১—১২৪২ |
| ২৬ | " | থিংবাই-শেল-হোঙবা | ১২৪২—১২৪৭ |
| ২৭ | " | পুরান থাবা | ১২৪৭—১২৬৩ |
| ২৮ | " | খুমোম্বা | ১২৬৩—১২৭৮ |
| ২৯ | " | মোইরাম্বা | ১২৭৮—১৩০২ |
| ৩০ | " | থংবী-লানথবা | ১৩০২—১৩২৪ |
| ৩১ | " | কোংয়াম্বা | ১৩২৪—১৩৩৫ |
| ৩২ | " | তেলহৈবা | ১৩৩৫—১৩৫৫ |
| ৩৩ | " | তোনাবা | ১৩৫৫—১৩৫৯ |
| ৩৪ | " | তবুংবা | ১৩৫৯—১৩৯৪ |
| ৩৫ | " | লাইরেনবা | ১৩৯৪—১৩৯৯ |

চহি ৫ নিংথৌ পান্দে।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩৬ | " | পুনসিবা | ১৪০৪—১৪৩২ |
| ৩৭ | " | নিংথৌ খোম্বা | ১৪৩২—১৪৬৭ |
| ৩৮ | " | মৈদিংঙু ক্যাম্বা | ১৪৬৭—১৫০৮ |
| ৩৯ | " | কোইরেম্বা | ১৫০৮—১৫১২ |
| ৪০ | " | লম ক্যাম্বা | ১৫১২—১৫২৩ |
| ৪১ | " | নোংইনফাবা | ১৫২৩—১৫২৪ |
| ৪২ | " | কবোম্বা | ১৫২৪—১৫৪২ |
| ৪৩ | " | তাংজাম্বা | ১৫৪২—১৫৪৫ |
| ৪৪ | " | চলাম্বা | ১৫৪৫—১৫৬২ |
| ৪৫ | " | মুংয়াম্বা | ১৫৬২—১৫৯৭ |
| ৪৬ | " | খাগেম্বা | ১৫৯৭—১৬৫২ |
| ৪৭ | " | খুনজাওবা | ১৬৫২—১৬৬৬ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৪৮ | মৈদিংগু | পাইখোম্বা | ১৬৬৬—১৬৯৭ |
| ৪৯ | ” | চরাইরোংবা | ১৬৯৭—১৭০৯ |
| ৫০ | ” | গরিবনরাজ (পামহৈবা) | ১৭০৯—১৭৪৮ |
| ৫১ | ” | চিৎশাই | ১৭৪৮—১৭৫২ |
| ৫২ | ” | ভারত সাই | ১৭৫২—১৭৫৩ |
| ৫৩ | ” | মোরাম্বা ( গৌরশ্যাম ) | ১৭৫৩ ১৭৫৯ |
| ৫৪ | চৌংথংখোম্বা ( জয়সিংহ, ভাগ্যচন্দ্র ) | | ১৭৫৯— .৭৬২ |
| ৫৫ | ” | মোরাম্বা | ১৭৬২ ১৭৬৩ |
| ৫৬ | ” | চৌংথংখোম্বা (জয় সিংহ) | ১৭৬৩— .৭৯৮ |
| ৫৭ | ” | লাবন্যচন্দ্র | ১৭৯৮—১৮০১ |
| ৫৮ | ” | মধুচন্দ্র | ১৮০১—১৮০৩ |
| ৫৯ | ” | চৌরজিৎ | ১৮০৩—১৮১৩ |
| ৬০ | ” | মার্জিৎ | ১৮১৩— ৮১৯ |
| ৬১ | ” | হেরাচন্দ্র | ১৮১৯—১৮১৯ |
| ৬২ | ” | য়ুমজাও ভাবা | ১৮ ৯—১৮.০ |
| ৬৩ | ” | গম্ভীরসিংহ | ১৮২০—১৮২১ |
| ৬৪ | ” | জয়সিংহ | ১৮২১—১৮২২ |
| ৬৫ | ” | নোংপোক চৌংলেন খোম্বা | ১৮২২—১৮২৩ |
| ৬৬ | ” | রাঘবসিংহ | ১৮২৩ .৮২৪ |
| ৬৭ | ” | ভদ্রসিংহ | ১৮২৪-১৮২৫ |
| ৬৮ | ” | গম্ভীর সিংহ ( চৌংলেন মোংক্লেব খোম্বা ) | ১৮ ৫ .৮৩৪ |
| ৬৯ | ” | চন্দ্রকীর্ত্তি | ১৮৩৪ — ১৮৪৪ |
| ৭০ | ” | নরসিংহ | ১৮৪৪ — ১৮৫০ |

খুকম পুম্নমক অসি মহাদেবপী খুকমনী হায়রগ হায়রম্মী। ইহপোক নিংথৌগী খুকমুম মহাদেবগী খুকম্নী হায়রম্মী হিরাংথাং লাইরেম্বী গুপ্ত কামাখ্যা হায়না খেল্লম্মী। থৈমেমা (পানাথোইবী) কালিকা হায়না খেল্লম্মী পুম্নমক অসিগী মতুংদা নিংথৌ যেন গরিবনিবাজদা শাক্ত ধর্ম লৌনবা হায়বদদি নিংথৌনা য়াখিদে। ধর্ম অহৌ লৌরবসু লাইকমশিংগী মমিং মখোয়না খোজম্বা অহৌদি য়াখি। নৈমায়ান অসি হা-য়াই-মনি মূপা নৈবা মমিগী খুঙংনি, মনিপুরনী হায়রম্মা। মতুম্ন নিংথৌনা য়ামিংবিরম্মী।

গরিবনিবাজ মহারাজগী মতম অসি ঐখোয়গী নৈবাক নৈমমোন অসিদা মপান্দগী মরু ওইনা লেঙলদ। তাঙাম তোঙানবা ধর্ম শন্দোকপা মী কাওলুপ কয়না ঐখোয়গী নৈবাক অসিদা অওকপা কংনা সুহিল্লকপা মতম অমা ওইখি। মসিগী মরু ওইরিবদি মৈতৈগী লাইনিং লইশোন মপান্দা শন্দোকপগী রাথল নৈরমদে। ঐখোয়গী মরু ওইবা লইরিক কয়া নৈরবসু মহৌ খুংনা ইবা ভাঙা ওইনা তোবা ছাপা নম্বা লাইরিক নৈডবা অহৌগীসু মথক্তা নিংথৌমচাশিংনা নিংথৌ খুকম গীদমকতা মরু ওইনা খন্দুনা লৈখব, মীয়ামসু নিংথৌশিংগী রাথল অহৌদা য়াওবা তাখিবা, য়াওদবা য়াদবা মতম থেংকখিরনান

ইংশোক ১৭১৫ দা লাকলিবা শাক্ত ধর্ম শন্দোকপা কাওলুপ অহুনা হেক চংথিবগা কৃষ্ণদাস কৌবা বৈষ্ণব ধর্ম শন্দোকপা মীশক অমা মীওই থরকা লোয়নন। ইংশাক ১৭১৭ তা লাকখি। মহাক রাধা কৃষ্ণ নিংনবগী শন্দোকপা লাকখিবনি মহাকী রা তাবদা গরিবনবাজ মহারাজ. রাধা কৃষ্ণ নিংবা লাইনিং অহৌ য়াংবম্মী ৮০ চাসগী হৌরবদি ইংশোক ১৭১৭ দা শ্রীচৈতন্য খাদা গোপালদাস হায়না কৌবা ব্রাহ্মণ

মতুংগী মঙ্গলদা মহাক মশামক অমদি অহিং অহুম অখোই কয়াগা লমজিংনা লাইহিং লৌখি। ইং শোক ১৯২০ দা শান্তিদাস গোসাইনচিংবা ব্রাহ্মন ১১ লাকখি। মখোয়না রামানন্দি ধর্ম্মা অমুক শন্দোক্লয়ে। শান্তিদাস ইচম চম্বা মী অমা ওইরমদে, অদু ক্ল রাজ নীতি শন্নু য়াওশিল্লয়ে। মতমদগী গরিবনবাজ মহারাজনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম তোকতুনা রামানন্দি ধর্ম্ম লৌখ্রে।

শান্তিদাসনা রাজনৈতিকসু য়াওশিল্লকুনা গরিবনবাজগী মখোই খুদম চেংনবগী মায়কৈদসু য়াওশীল্লকপহনা মরম ওইরহনা মহাক্কা হায়বা অয়াম্বা নিংথৌনা য়াখি। রামানন্দি ধর্ম্ম লৌনিংদবা মীশিংবু দন্দ পীবনচিংবা কয়া তৌখি। অহুম ওইনবা বৈষ্ণব গ্রন্থ শন্দোকপা লাকখিবা কৃষ্ণদাসপুদি নিংথৌনা মতম পুম্নমক্কা তরাম্না অহম্মক তৌবিখি। ইং শোক ১৭২১ দা কৃষ্ণদাসনা কৃষ্ণনী খুরা শাবদা নিংথৌনা অচৌবা মঙ্গল য়াখিরম্মী। খুরা শাবা অসি চহি অসিগী কালেনগী ৫নি পানবা নিংথৌকাবা নিংথৌগা লেংনা শাখিবনি। হায়রিবা খুরা অসি ইং শোক ১৯৯২ দদ চহি ২৭১ ওয়ে। হায়রিবা মতম অহুদগী লৌজিক লাওবা অতেক অকায় লৈতনা ব্রহ্মপুত্রদা মীয়াম্না উরিবাসিনি।

শান্তিদাসনা কলায় থাওবা তৌখিবগে হায়বদু মহাক্কা রামানন্দি ধর্ম্ম শন্দোকপদা অকায়বা পাবগনি হায়রুনা সনা কোংদা মতম অইনগা মমাংদগী লৈরক্লবা নৈতৈ পুয়া কয়ামুক নংদাক্লবা হৌরকদগী নিংথোমা য়াহুনা পুয়া কাওবা মৈ থাখ। পুয়মক অসি তোরবন্দ মতাং লাইনিং অহনবনা শাই লুনপা লোয়েন্নগা পোংনাং থাবা পনক থেংগ্রা, মোইরাং কাংলাসনাচংবা লাইশ্রবা মাইচৌ কয়া নৈবাক অসিদা লৈরম্বনা তুংদা হওরক্লিবা মীয়োলশিংগী মপামগী মাঙজৌননা চেকশিন পৌরাং কয়ামুক তৌখিরম্মী। মহুগা মথয় অহু হৌজিক ইং শোক ১৯৯২ য়োরক্লবা মতম অসিদা মখোয়না কৌবীয়া

চুথিং অহুনা যনবী ১০৮ কংভুনা নবীশিং অহুগী শঙ্গোম হুংভুনা ইমাংপেদগী পুথ্রি আচৌবা অহু ঔশিং থোকুনা ইং শোক ১৭২৬কী কালেনগী রিনি পানবদা পুথি অহু হোঙখি। মসিনা তাকপদি গম্ভিরনরাজনা পানথোইবী ইমা ইবেমবুস্ন কায়দনা নীংলকখি।

ইং কুমদা ১৪৮৪দা কায়ম্বা মহারাজকী মতমদা চৈ থাবা লাইহনা শজিবু চৈরাওবগী থৌরম পাঙথোকপা হৌই। লাই-নিংথৌ পাখঙবগী লাইমাংদা পাঙথোকই। অহানবা চৈথাবা মীশক অতগী মমিং হিয়াংলোই হায়না হৌই। মহুদগী হৌরহনা নিংথৌরোল পুম্মক্কা চহিরোল খুদিংদা চৈরাওবগী থৌরম তৌখি। গম্ভিরনরাজগী মতম ফাওরদা পাখংবগী লাইমাংদা পাঙ-থোরকপনী। চৈরাওবগী থৌরমতা নত্তনা লৈরকী নিংথৌগী লাই হায়বহ লাইনিংথৌ লোয়ননা লাইনিংথৌ পাখংববু লাংনরকই। ইং শোক ১৭৭৬ তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা গোবিন্দ লিংখংতুনা লাংলবা মতমদদি চৈরাওবগী থৌরম অসি ইং কুমজা ১৭৭৭ তগী হৌরহনা পাখংবগী লাইমাংদা তৌখিগে শ্রীগোবিন্দগী লাইমাংদা পাংথোকগে। অহু ওইরবস্ু ভাগ্যচন্দ্রনা লাইনিংথৌ পাখংববু নিঙবদি তোকপা লৈতে। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজকী বাখলদা লাইনিংথৌ পাখংবগা শ্রীগোবিন্দগা অমত্তনি হায়বগী বাখল অমা চেংবা লৈরম্মী। পাখংবগী লাইক্রোম্বা হওবগা থৈবোং পাম্বীনা লিংখংপা শ্রীগোবিন্দনী হায়বদী ভাগ্যচন্দ্রনা। মতম পুম্নমক্কা চেংনা নিঙলম্মী। গম্ভীরসিংহ মহারাজকী মতমদা ইংকুমজা ১৮৩২ দা হৈপোক চীংদগী হৈনৌ পাম্বী হুম্বা য়াম্নগা জগনাথগী মুর্তি লিংখংতুনা, কাং চিংতুনা জগনাথ খুরম্বা হোৌগ্রে। অহুম ওইনমক লাইনিংথৌ পাখংববু নিংবদি তোকপা লৈতে। গম্ভীরসিংনা চহি ৭ খুন্তাকপগী মতংদা

অমুক হয়া মনিপুরদা ( কংলৈ পুংময়োল অসিদা ) নিংথৌ ওইবা কংহনবিয়ু হায়হুনা লাইনিংথৌ পাখংববু চেংনা থাগোয়খিবগী বাগী চাওনা লৈরি ।

মহারাজ চন্দ্রকীর্তিনা শিলচর জিলাদা চংহুনা মনিপুরগা নাগালেন্দগা অনিগী লমথৈগী বাথোক্তা ভারতকী গোর্ভনর জেনে- রেলগা বাগী শানরুবদা মাই পাক্লকপগীদমক্তা লাইনিংথৌ পাখংবা, লাইনিংথৌ নোংশাবা ( অতিয়া শিদবা ), লাইনিংথৌ শনামহি অমস্তুং শ্রীগোবিন্দ, লাই মরি অসিদা পাকপা-চাউবা চপ-মান্নবা সনা তাঙগ মরি শায়গা কংলি । মসি ইতিহাসকী লামাইদা মমেক লানা লৈরি । মসিনা ভাকপদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদস্তু লাইনিংথৌ পাখংববু নিংঙবহু তোকপা লৈতে ইং কুমজা ১৮৭০ দা নোং চুদহুনা লৌউনজবা মতমদা থরান থা য়োরবা কানদা নোং চুরকখি । মহুদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা লাইনিংথৌ পাখংববু কৌ মরাং কায়না ফংহনবিয়ু হায়না নিহুনা ফংবা ওমখিবগী বাগী চাউবা লৈরি ।

মহারাজ চুরাচান্দগী মতমদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মহুংদা গৌ- রধর্ম্ম হায়হুনা অমগা হাপচিল্লকুনা গৌরাঙ্গগী মুর্ত্তিবুস্তু লাংপা হৌররকই । মহারাজ চুরাচান্দমক্তা লাইনিংথৌ পংখংববু শঙলেন নিংথীনা শাহুনা লাংলকই । পাখংবা হয়াওবা হায়বা থৌরম চোকশিন্না পাংথোকখি । পাখংবগীদমক লৌ পরি ১০ (তরা)স্তু কংলম্মী ।

পাখংবা লাইনিং নৌহৌনা শেমগৎলকপা

ইংশোক ১৬৫০ গী মতম, মনিপুরদা পামহৈবা নিংথৌনা পাল্লিহৈঙগী মতম অহুদগী ঐথোরগী লৈবাক অসিদা লাইনিং লাইশোনদা চরক-চহিং নাইবা কয়া লৈরকখি । থরনা পাখংবা লাইনিং নিংঙি থরনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংপস্তু য়াওই অহুগা নৌনা রামান্দি ধর্ম্মস্তু চঙশিল্লকাখ ।

অস্থম তৌনা লৈরকপনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতম ইং কুমজা ১৬৯৭ তা শ্রীগোবিন্দজীগী মুর্ত্তি লিংখৎতুনা ঙগোয় রাসনচিংবা লিংখৎতুনা কংখিবা মতম অদুদগী খঙহোদনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মায়কৈদা কন্না চঙশিন্নরকখি। অস্থম তৌনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চঙশীল্লকপা অসিনা ইং শোক ১৯২৫ গী অদুরাইদগীদি (মহারাজ চুরাচান্দগী মতম) বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মথংদা গৌর শম্প্রদাই হায়দুনা অমুক থে ররে। গৌরধর্ম্ম হায়না অমুক শন্দোক্লরক্লে। অদুম ওইনা মহারাজ বোধচন্দ্রগী মতমদা ইং শোক ১৯৪৫ হৌগংলকপদগীদি এরেঙগী ইরমদগ অসিদা সনামহি লাইনিং শন্দোকপা কাঙলুপ অমা থোরক্লে। অদুগা ইংশোক ১৯৪৬ তদি পাখংবা লাইনিং নিঙবগী থবক নৌৌনা পায়খৎলক্লে। পাখংবা লাইনিং চৎননবগী থবক নৌৌনা পায়খৎলক্লিবা অসিগী লুচিং পুরেন ওইরিবদি রাংথৈ লৈকাইদা লৈবা লাইখুরাম ইবুংঙোহল (খগেন্দ্রজিৎ) নী। পাখংবা লাইনিং অসি নৌক্লৌননা চৎনবা হৌরকপা অসিদদি থায়না মমাংদৌদা চৎনরম্বা অদুদা খরমখৈ শেমদে ক্রগা তুং কাইনা চৎনবা য়াননবগী মওংদা থাক রাংনা খন্নখৈ শেমদোক্রগী হনবা হৌরকপনি। অদুগা মপুং ওইবদাদি ঙাগী কায়দনা অদুম্মক লৈদ্রিবা মওংমি থায়মৈদগী অশিবগী লাল থৌরমগী থবক অসি লুমিং ১১নি শুবদা পাংথোক্লুরকই। অমগা য়ুমনেং নাহাইবা হায়বদুনা ১০নি শুবদা তৌনরকপদু কায়দনা অদুম্মক লৈরে। লুমিং ৫নি শুবদা লাইবক্তগী শরু মচেং অমা লৌথোকহৌরগা লাংপা হৌরমদাইদা ফৌদোকপগী থৌরম পাঙথোকই। মহুদু “লু” ফোংবা হায়না কৌনরম্মী। হৌজিক্কি লাইবক্তগী শরু লোথোকপদু তেক্রে। মরম অদুনা “লু” ফোবগী থৌরাংদি তৌদ্রে। মহুগী মহুদা মহুগা মান্নরবা তৌনা তেংবানবা মপুদা লৈকংপগী থৌরম অমা পাংথোক্কই। মহুবু “লৈরাংবা” হায়না

কৌই। কনাগুম্বনা লৈছল হায়নবস্থ য়াওই, অশেংবদি 'লৈয়াংবা' হায়গদবনী। লৈ কংপবু লৈয়াংবা হায়বসী মৈতৈগী মতম কুইনগী মমাংদগী চংনবরুবা য়াহয়নী। অশিবা পুথোকপা মতমদা মমাংদৈঙদা পেনা অমদি বাসি খোংহুনা পুথোকই। হৌজিক্কী পুং অমাদ শেন য়য়রগা ঈশৈ শক্নুা, তেংবানবা মপুগী মিংখৈ শোন্দুনা পুথোকই। থায়না মমাংদৈঙদগী মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা লাইগী খোরম তৌবদা মচু শঙবা ফি শেংপা-ইনবা চংনবক্তে, ফি ঙৌ ঙাক্তা শি জম্মবকই। হৌজিকস্থ মচুমক কায়নদনা অচুম্মক চংথরি। শিবগী চহি ফাবগা কুমওনগী খোরম পাঙথোকনী অঙাং পোকপগীনা চুমিং ৬নি শুবদা ইপান থাবগা লোয়ননা পানথোইবী ইরাংপগী খোরম মমাংদৈঙগুম অচুম্মক পাঙথোক্রি। ১০ নি শুবদা যুমশেং-নাহাইবা হায়হুনা মচু হৌনবী খোরম অচুম্মক পাঙখোকই। নাহাইবা মতমদা শোংবা লাইশোন, মমাংদৈঙদগী শোন্নবকপচু হৌজিকস্থু অচুম্মক শোন্নরি। লংহাংবগী খোরমগী য়েংলুরবস্থ অচুম্মগাই। নিপাশিংগীনা ফি অঙৌবা শেংতুনা ফি অঙৌবা ইন্দুনা, কুরং অঙৌবা লিংতুনা অঙৌবা কোয়েং য়েংতুনা হোঙগনি। মসি মৈতৈগী কুইরবা মতমদগী চংনবক্কবনি। অহগী নুপীগীদমক্তি মানা মানা পামজবা তৌবা, শেংপা ইনবা য়াহল্লি। থায়নদগী চংনবক্কবা লাইশোন অচুম্মক শোনগনি, হোংবা লৈতে। লাইখুরাম ইবুংঙোহল (খগেন্দ্রজিং) না পাখংবা লাইনংগী থবক নোংহোননা পাযখংলকপদা ইরেংবা পুরারী অনাদ লৈশেমলোন অরিবা হায়না কৌবা মৈতৈ পুয়াগী মনুংদা খ্ব য়দগী হো মরু ওইহ্রবা পুয়া অমি অসিনা মুক্ষম ওইখি। থবক হৌগং ত্রউগী মমাংদা ইনিংথো বোধচন্দ্র সিংহদগী অয়াবা লৌরম্মা। মচুস্থ নিংথৌ পানবা লৈবাক অসিগী য়েলহৌউঙদগী চংনবকপা মচুং ইয়া তৌখিবনি।

ইবুংঙোহললনা মহারাজবুদি লাইনিং অসি চংলসী হায়রবা হায়রিবদি নৈলতে।

মতম কুইনগী মমাংদগী মৈতৈশিংনা চংনরক্রবা অঙাং চউস্নগী থৌরম অহুম্মক তৌগনি। নাহুৎ-নারেং তম্বগী খবক কায়দনা চংথগনি। লাইমিং লৌগনি। লংজা ৭/৯ গী লংহিং থাংগনি। উগী লিক শিবা য়াই, সনাগী লিক শিবা য়াই। মৈতৈশিংনা উগী লিক শিবদা কনাগীসু মতৌ তম্বা নত্তে। লাইহাক্কুগী লিক শিবা হায়রবসু চংনহুনা লাক্লি। পুন্নমক অসিগা লোয়নবা শাগৈগী, শলাংগী লাই খুরুম্বগী, ইরাৎ-থৌনি তৌবা কায়দনা চংথগনি। অসিগুম্না লাইনিঙ অসি মশামক থুমিৎ অসিদগী চংলগনি হায়না ইংশোক ১৯৪৫ গী হিয়াঙ্গৈগী ১৫ নি পানবা থাবুঙ থুমিগা রাংখৈ থাংজম লৈকাইদা লৈবা রাজকুমার তোমালসনাগী খেনৌজোম মথোঙদা থুমিদাংবাইগী মতমদা মীয়ামদা লাউথোকাখ।

মথংগী থুমিংতা (১) রাংখৈময়ুম গুলাপমচা (২) চোংথাম মেরামচা (৩) কারাম বিহুর (৪) রাজকুমার সনামচা (৫) রাংখৈময়ুম তিনখীরেন (৬) লাইশ্রম মেঘাসু লাইখুরাম ইবুংঙোহলগা লোয়নবা পাখঙবা লাইনিঙ চংলগনি, বৈষ্ণব ধর্ম্মা থাদোক্লগনি হায়না ময়ামদা লাউথোকখ্রে। মতুংদা পুয়াদা ফংবা মতুং হন্না লাইনিঙ অসিদা য়াওরবা মীওইশিংনা থৌরম করম্না তৌগদগে হায়রবগী মখমদা কুপনা ইথোক্লবা চে অমমম হায়রিবা মীওই ৭ অসিনা পায়নরে। অহুগা ইনিংথৌ ইবুংঙো বোধচন্দ্রদসু অমা লানখৎলে। ইনিংথৌদা লানখৎপগী মরোলদি "পাখংবা লাইনিঙ" হায়না কৌবা লাইনিঙ অসিদা ঐথোয় মী খরনা চংচরগে, বৈষ্ণব ধর্ম্ম থাদোকচরে। হায়রিবা লাইনিং অসিগী লাইশোন তিনশোন কয়ম্না শোনগদগে হায়রবহু

মিংয়েং তাবীনবা মহুগা লোয়ননা ঐখোয়না লাইনিং অসি চংচবদা ইনিংথৌগী অয়াবা পীবিনবা থাগৎচরি হায়বা রারোল-গী লোয়নন্না থাগৎখিবনি। মতন থরগী মতুংদা ইনিংথৌনা অয়াবা পীবীখি।

## পাখংবা লাইনিং ফোঙদোকপা

লাইনিং-লাইশোন পুম্নমক ইথোক্লুনা থৌরাং পুম্নমক লোইরবা মতুংদা ইং-শোক ১৯৪৬ কী শজিবুগী থাবুঙ লৈবাক-পোকপা নুমিৎতা. রাংথৈ অয়াংপল্লিদা লৈবা রাংথৈময়ুম গুলাপমচাগী য়ুমদা পাখংবা লাইনিং ফোঙদোকখি। থৌরম অসি তৌত্রিঙৈগী মমা দা থৌরম অসিবু মপুংফানা পাঙথোক্লুব-গীদমক কমিটী অমা শেমখি।

১। লাইশ্রম ইবুংঙোহল (খগেন্দ্রজিৎ) থওবুরেন।
২। রাংথৈময়ুম গুলাপমচা থওবুরেন ওমথং
৩। লাইশ্রম ইবোবী থৌশীল্লেন।
৪। রাংথৈময়ুম বীরচন্দ্র থৌশীনবা।
৫। চোংথাম মেরামচা থৌ-পুবা।
৬। রাজকুমার সনামচা ”
৭। কারাম বিহুর ”
৮। রাংথৈময়ুম তিনবীরেন ”
৯। লাইশ্রম মেরা ”
১০। কোংবম গুলামজাৎ ”

লাইনিং-লাইশোন ফোঙদোকপগী থৌরম পরেং অহু মখাদা উৎচরি।

১। তেংবানবগী মপুদা হৈয়াং-লৈরাং কৎপা, লুক কৎপা, লাই-শোন পুম্নমক অহু রাংথৈময়ুম গুলাপমচানা পাঙথোকখি।
২। লৈশেমলোন অরিবা হায়না কৌবা পুয়া অহুগী চেনা থরদং পাবগী থবক অহু চোংথাম মেরামচানা পাঙথোকখি।
। রাজকুমার খোমদোনসনা অমসুং রাজকুমার কালাসনা

অনিবা তেংবানবা মপুদা কৎননবা লুক হওবগী থবক তৌখি।

৪। মুংথিলদমা অীপা পালা অমা শাকখি। লাইখুরাম ইবুংঙোহলনা ঈশৈ হনখি। লাইশ্রম মেরামা হুহার চংখি কারাম বিহুরমা খোম্বাংবা মকোক চংখি। পাংঙম্বম তরঙো-না পুংয়েবা মকোক চংলগা খেত্রিময়ুম গৌরচান্দনা তুং ইনখি। ঈশৈগী পালা অতৈনা খোম্বাংবগী মায়কৈদা (১)রাংথৈময়ুম গুলাপমচা, (২) থিংঙোম কালাচান্দ, (৩) লাইখুরাম ইবোবী অসিনি। অহুগা হুহারগী মায়কৈদা (১) .কৈশান যুগোল (২) লাইশ্রম গুলাপ (৩) হৈক্রুজম থরোঙৌ (৪) নোংথোম্বম মনিকচান্দ অসিনি।

পালা অসিনা শকখিবা ঈশৈ অহু লৈশেমলোন অরিবা ফায়না কৌবা পুয়াদগী লোথোক্লুনা লাইখুরাম ইবুংঙোহলনা পুথোকপনি। ঈশৈ ওম্মোকপবা লাইখুরাম ইবোবীনা ওম্মো-কপনি। মৈতৈগী মতম কুইনদগী চংনরক্লবা কিঙৌ শেংতুনা কোয়েং অঙৌবা অচৌবা য়েংতুনা তান, মরী অশাংবা পারহুনা শকখিবনি। পুং হৈবস্থ মৈত্তৈ পুং য়োখবনি। মৈত্তৈ পুয়ার পালানা ঈশৈ ওইনা শকপসি মসিমা অহানবনি। বামোন অমত য়াওদানা লাইগী খোরম তৌবা লুক কৎপনাচংবা তৌথি-বসিস্থ চাহি ২৫০ রোম অসিগী মমুংদা অসিনা অহানবনি। ছুমিং অহুনা শকখিবা ঈশৈগী মরেক মথাদা উথীগনি।

### পুয়াগী ঈশৈ

কয়ি হয়া হে খোয়ুম লাইনিংথৌ
মালেম তাইবংপানবগী মবুংঙো।
লাইগী নিংথোই কোইবা.
মাচ লন-মরু থরাই-য়াইবী পীনবা
চীংঙু নখোংখাদা চঙজরি।

কোলোয় অহানবদা হন্না হন্না পুনমজরিয়ে,
তয়ুম তাঙজ ইকোক নোনজরি ।

লুরাং-হোংনেম লৈকোইবনা,
ঙক্লা চরৈ য়েংলহনা,
কোংয়াং চৈশু তাবগুম্না.
তারহনা হায়জরক্লে ।
চীংঙু লাইনিংহনবও,
মপুগী লিক্লম নীংথীরবা তাকপীরোনে ।
নারা মোমচেল্লিবা, নাকলুফিয়াল্লিবশিংগী,
পাংগল চৈসো ওইবীরিবা চাংঙু ময়াই অচৌবা ।
চীংঙু লাইনিংহনবা, নংগী থোজালনা
তেংবানবা মপুগী, লিক্লম্বু খঙজরগে ।
তাকপিরোনে চীংঙুনা, মপু মাগী নীংথিরবা,
ফজরবা লিক্লম্বু খঙহনবীরো ।
তাইবংপানগী মওংসে করম্বু ওইথিবা
খঙজনিংঙি নচানা, তাকপীরোনে চাংঙুনা ।
ফজরবা লিক্লম্বু খঙহনবীরো ।

থম্মোয় লৈকা পুংদা, শীনবা থুংনা লৈবিরিয়ে ।
চীংঙুগী কোলোয় মিংথৈরেনবু,
কোইবা হায়না কৌনরিয়ে । মঙাং চীংঙু থরাই মিরেন
লৈময়োন সনা চীংগুৎনে. কোইবা হায়না কৌনরিয়ে ।
শোন্নরিয়ে নংগী কোলোয় ।

মপুগী কোলোয় থুমথোইরবা,
নীংথিরবা লিক্লম্বু
তাকপীরোনে, চীংঙুনা;
থোজাল পীনবীরো ।

মঙাং লাইনিং হনবনা, লৈকোয়বদা হায়রক্লে ।
থমোই লৈকা মথুম হাংনা কোঙদোকপীরগেনে,
তাও তাঙে হে পাম্বী লুবাং লৈকোইবা ।
তাইবং পুম্নমক্কী লৈপাক পাম্বীরেম,
মালেম লৈকৌকমদি, পোইরৈ সনা লৈমরোমে ।
পোইরৈ সনা লৈমরোন মালেম লৈপাক কিহুপ,
মথেক অচুম শুইয়ে ।
লৈগী লৈমিং লৌহনা,
লৈমরোন কায়না কৌনম্নি ।
শীংঙেল লৈমিং লৌহনা,
লৈমরোন হায়না কৌনম্নিয়ে ।
মঙাং লাইমিং হনবনা,
তাকপীরক্লে লুবাংদা ।

কৌক্র সনা চীংদোন্দা,
মঙাং লাইনিং হনবনা,
লুবাংগীদি মকমদা
তাকপীরক্লে চীংঙ্না ।
থমোয় লৈকা মথুম হাংনা,
তাপিরক্লে চীংঙ্না
হয়ি হয়া অনিবা,
ওইহনবাবা তাইবংপালনে ।

থবাই পুম্নমক্কী খোইজী মিহুন পীনবা,
মঙাং লাইমিং হনবনা, লুবাংগীদি মকমদা,
কোঙদোকপীয়ে চীংঙ্না, থমোয় লৈকা মথুম হাংনা ।

লুম্বাংনা হায়জরকপা

লৈমম্বোন সনা চৌংথম্মে, শোন্নখিম্বে, ইবুংঙো।
নাঙু কিয়াল্লিবা খিবিক্কা, নারা মোমচেল্লিবা
খিবিক্কী পাংগন চৈশো ওইবীম্মিবা, চৌংথু ময়াই অচৌবা
হে চৌংথু ইবুংঙো, নংগী কোলোয় নমিংথোনবু
কোইবা হায়না কৌনম্মিয়ে।
চৌংথু কোলোয় নমিংথোনবু,
কুক্কুম অতিংকোক হায়না কৌনম্মিয়ে।
লাইজ তরংথক্কী মৈং-পান্দম নাইদবসিদা,
থম্মাই লান্নহিবু চৌংথু কনানা,
তোংজেং হিনাউ শাথম্লগবনো।
চৌংথু শিদবা কৌনম্মিবনে,
থম্মাই মথানুংগী হিথাংকম শথবীবা।

শিদবা লৈপাল অঙ্গুগী,
লৈকা পাল্লিবা মশেলনে
থৌরম অসি য়েংনা
নদাইম্মেন ঐখোয়বু থৌজাল তাহেন-নাইবীয়গনু।
চৌংথুনা শেম্বনী, চৌংথুনা য়োকপনী,
লানবীগদবসু চৌংথু মহাক্কী।
চৌংথু মানা শেম্বনী, চৌংথু মানা য়োকপনি।

তাইবং থম্মাই পাল্লিবা খিবিক্কী,
থম্মাই-মিম্মেনবু মালং হিম্মেনথক্কা তোংজরে।
তোংজেং হিরেন হিবাম অনিমকপু।
শমু ইথুং অনিনা, খুংপাই চেংনা পায়জরে।

মালং ক্ষুয়না হুম্নকপদা,
লাইজ-তরংথক্কী ইথিন-ইপোম অচৌবনা
রাকয়ৈ তেরান শক্লা; তামররূপবু,
লুপথখিনি কিজদে, কাহৌগনি মীংজদে,
তাহৌগনি থনজদে ।

মালং নুংশিং শিদথা,
চাংজৌ শুমথৈ নাইদবা,
কনবা থৌবা হায়গুমদবা,
চেংলৌ শককম লাকগুমদবা ।

তংপা কাংবা নাইদবা,
অমতা ওইবা মচুনা,
তোংলেন তপা শিংলিবা,
তাইবং থরাই হিংনরিবা,
থরাইগী দি মপুরেম ইপুরোইদি অরেপ্পা ।

লুরাং হোংনেম লৈকোয়বনা মগাং
লাইনিংহনবগী মকমদা হায়জরিবা ।

শোম্নরিয়ে ইবুংগো, নংগী কোলোয় নীংথীজবা ।
থরাই-মিরেন কোইবা হায়না শোম্নরিয়ে চৌংগুরুদে।
লৈময়োম সনা চৌংগুম্বনে, কোনরিয়ে নংগী মীংথৈ ।
তাইবং থরাই মপু ওইবা, তোংজেংহিনাউ শাবিরিবা ।

তেংবানবা মপুদা খুরুমজবা ।

---

শিদবা মপুগী মখোজান,
চৌংগু ময়াই অচৌবা,

পান্দম ওমথৈ নাইদবা ।
চৈনৌ সন্না চেংজো শরুপু,
মিংয়েং শান্নথৈরুকদা,
অমস্বা য়োকচরে অচানবা কুখয়ে ।
হে খোইমুম লাইমিংথৌ অপোকপা,
পলেন-পন্থৌ ওইবিরিবা,
চীংগু নথৌজামা লামহিবু ওইবীরিবা ।

কোয়ৌ নোংগা লম্বীগী,
লমজিং হিনাউ শারীন্থনা
পোকলেন পোকপা শিদবা মপুনা,
কুরুম সনাচীংদা হিথাংবিয়ু ।

কয়িদবু শীংথাগনি,
কদাইদবু পান্দমগনি,
চীংগু স্নিয়রা কোয়ৌ-নোংমদোনবু,
পনথৌনী হায়না শকচগে,
পলেম হায়না শোনজগে,
মালেম অনেম্ববু ।

কোয়ৌ মালেম অনিমক্না;
কাওপবু লৈবিম্বিয়ে,
লেওদনা লৈবদি মালেম ইমানী ।
পনথৌনা হিংহল্লি পলেমনা য়োকপিরি,
হিংলিচৈ ঈমাগী ওম্পাক্তা লৈরুম্মী,
শিয়গা ঈপাগী লাইরৈপাকপু তানগনি ।
শিদবা মপুনা হিরানথৌ ওইদুনা,
লানবিরী তাইবংপান মাওইবা ।

তাবিয়ু পোইরৈ মৈতৈ সনা লৈমরোম্দা লৈবিরিবা।
লাইগী মচা-মশু খিবিক্লা হৈরোম "ক" সনা মপুম্ব
নীংলশিনে।
হে খোইয়ুন লাইনিংথৌ অম্মক্লা,
খোমজেল রাইবী পীমবা।
থমোই-কিশি লৈত্রবা, লাইনিং পরৈ চেংলবা,
লাইনিংহলশিংহুমা, তাকপীরম্বা,
হৈনা মভুং ইম্না,
তাইবং মীওইবাশিংনা চীংগুগী খৌরম তৌজরি,।
পুক্লিঙ লৌশিং লৈত্রবা, তোল্লবদি ঐখোয়না
চীংগুগী খৌরম তৌজরিয়ে পেনবীয়ুনে ইবুংঙো,
থৌজাল তাহেন নাইবাম্বগপু।
চীংগু খোইয়ুম লাইনিংথৌ,
তেংবানবগী মপু ওইবা।
মরোল অছুমগী মপুনী,
নিঙনখোইবা অখোইবা,
তাইবংপানবমু শেন্থীরকপা।
কোম্নৌ মালেম শেন্থীরকপা,
তাইংপুম্বগী থরাই ওইবা,
থৌজালগীদি মশকপু ওইবীরিবা।
লাইনিং পরৈ চেংলবশিংগী,
থমোই থম্বাল লৈরোম্দা লেঙশীনবীম্বিবা।

কংলা সনা রাইকোম্দা,
লাইনিংথৌ লাইরেম্বানা তানখোইবীরে।
নীংখিজরে, ফজরে, পাম্দমনিংঙাই লৈতবনে।
মরোল অছুমগী মপু ওইবা; নিঙনখোইবা
অখোইবনে। কোম্নৌগী খোইয়ুম পুম্বা

তিন্নরেনে কংলাদা। লৈরোলমুংগী
খোয়ুমশিংস্থু চোয়া তিন্নরে কংলাদা।
তাইবং পুম্বস্থু তিন্নরেনে, কংলৈ পুংখয়োল্দা।
খোইয়ুম লাইয়াম্না লৈয়াং খুজোক খুজোক কংলে।
তাইবং পুম্বস্থু লৈয়াং খুবাম খুবাম কংলে ॥০॥

ঙৈরা কংপা।

নীংথিজরে, ফজরে, লাইনিংথৌ-লাইরেম্বী অনিসে।
সনাগী কম্বালথকা ভানথোইবীরে অনিনা।
নুমিৎ-থানা য়োলবনে, খোইনা হেয়া লংনা ভালে।
মালংবস্থু য়ৌখিদরে, খোইনা হেয়া নীংথিজরে।
কংলা সনা য়াইকোয়ুংদা খোইনা হেয়া ভানথোইবীরে।

মথা অসিদা অতোপ্পা ঈশৈ পরেং অমা অমুক চৎথরক্রে।

হয়িগী মিংলেন শোরুসীনে,
হয়াগী কোলোয় শরুদী।
হুয়ি হয়াগী মিংলেন লোরুসীনে,
হায়না কোরৌনি, হয়ানা মালেম্নী।
কোরৌ মালেম অনিনা
কাগুপ্পবু লৈ বায়,
কোরৌনা ঈপানি,
মালেমনা ঈমানি।

নুয়াং লৈকোয়বনা কৌব্র চীংদোন্দা তলা পামেল অচৌবা অমগী মবোঙদা লাইনিং পয়য় চেৎলহনা লৈরিবা মত্তাং লাইনিংহনবগী মফমদা ভক্তা চরৈ য়েৎ, কোংয়াং চৈশু তাবগুয়া তাবরগা হায়জরকে। চীংশু লাইনিংহনবও তোল্লবা নপাম্নী ঐঙোন্না তেংবানবগী মপুনা তোংবানবা অসী শেল্লকচৈগী য়ারোল তাকপীরো। য়ারোল অসি তায়বদা মত্তাং লাইনিং

হনবনা তাকপীরকলে লুরাংদা। খ্বায়দগী অহানবনক্তদা ঙেংবানবগী মপু কুক্কম শিদবনা অবকম্ নৈরিবৈ, অঙানবম্ নৈরিবৈ মৈ, ঈশিং মুংশিং অমত্তম্ নৈত্রিবৈদা মথন্তমক তরংমা নৈরম্মী। মতম অতুদা কুক্কম শিদবনা মালেম তাইবং পানবা অসি শেমলগে হায়না মীংলক্লে অমস্তুং হুম হায়না কনম্মাওরক্লে। মতুদগী সনচীং অমা পুথোক্লে। সনচীং অহুগী মথক্তা শম্মগা নৈমরেন শিদবী পুথোক্লে। মতুংদা অতিয়া সিদবা অপাবা অমস্তুং কোনাজিন ভুথোকপা হায়না কোবা মপারী অহুম পুথোক্লে। কুরম শিদবনা মপাম্মী অহন অতিয়া শিদবদা মালেম নৈরোল মাপন, নোংথৌ মরোল মাপন শেম্লো হায়না য়াথং পীরক্লে। অতিয়া শিদবনা মনাও য়াইমা অসিবগা লোয়ননা মরোল ১৮ শেম্লে। মৈ, ঈশিং, নুংশিং পুথোক্লে। অমম্মা অঙানবা থায়রক্লে। নুমিৎ থা থরানমিচাক পুম্নমক মফম-মফমদা থোকহল্লে। খোইয়ুম লাই ময়াম পুথোক্লে। ত হৈবং মীস্ব সেমহুনা খুন্দা-নৈতাহুনা নৈরক্লে। শা, ঙা উচেক রায়া পুম্নমক শেমলে। উপাল রাপাল, উরি-রারী, হৈরাং নৈরাং পুম্নমক শেমলে. চীং-পাং, কয়া শেমলে। ফজরবা হৈরাং কয়ানা মরীক চুম্না-চুম্না পানবা, ফজ-ফজরবা নৈরাং কয়া কয়ানা ফুগায়না শাংপা, নামিরবা নুংশিংনা লিরি লিরি হুমলকপা মতমদা হৈরাং নৈরাংগী নুংাশরবা মনম্না মায়কৈ খুংনা য়েল্লক্লে। চীংগী তাথরকপা নাপোমনা শঙলবা নাপীনা হাই হুম্বা, পাংকী লংঙবা ঈশিংগী ময়ায়দা থরো-থম্বাল কয়ানা ফুগায়না শাংপা পুম্নমক অসি অতিয়া সিদবনা কুক্কম শিদবদা পাউদমলুরে। কুক্কম শিদবনা নৈমরেল শিদবীগা লোয়ননা য়েংলকপদা পুম্নমক অহু উরকপদা হরাওবগা ঙমথৈ নৈথিত্রে। চোং ফল্লহুনা, ঈশৈ শক্কুনা জগোই শারক্লে।

খোইয়ুম লাই হায়তুনা লৈরিবা পুন্নমক অতুস্থু হরাওবগী ডমখৈ লৈখিদ্রে। কুক্কুম শিদবগা লোয়ননা হরাওনা ঈশৈ শকুনা জগোই শাররে। মলিবু লাই হরাওবা হায়না কৌই। মতুগী মতুংদা মপারী অতোম্বা কোনজিন তুথোকপগী মফমদা মরোল অহুমগী অস্থপ্পা ফম্বাল অহু শিন্নবীরম্লগা লৈমরেন শিদবীগা লোয়ননা মকু পুন্সিবা তোংতুনা কুক্কম শনচীংদা কাপ্রে। মপংগল কল্লবা মথোনা লৈরবা লৈম্রোল নোংলোন শেয়ক্রবা অতিয়া শিদবা অমস্থুং অসীবা হায়না কৌবা মপারী অনি অসিদাদ ফম্বাল শিন্নগ্রগা মপারা অতোম্বা কোনজিন তুথোকপদা করম্না ফম্বাল শিন্নরমলিবনো হায়বগী রারোল তাকপীয়ু হায়ন লুৱাংবা মঙাংদা হ্যজররক্লবদা মঙাং লাই-নিংহনবনা হায়রক্লে।

কুক্কুম শিদবনা কুক্কুম সনচীং কারমদাইগী মতমদা মচিন মনাও অঙস্থু নোংখোং কোয়হলগা হান্না থুংলবা মপারীদা ফম্বাল শিন্নখিবনী।

ঈশৈ

তারো পারী অহুংক.
পম্বৌ ঐদি কুক্কুম সনচীংদা
পোংথাক্রগে। পারী অহুমনা
নোংখোংবু তরেংলক হন্না
কোয়নক্রো, হান্না থুংবদা ফম্বাল শিন্নরমগে:
পম্বৌগী ক্যেলোয় তারবদা,
অতিয়া শিদবনা, নোংশাবু শাদোং
ওইতুনা খোঙ শানগ্রে। মপারী য়াইমা অসিবস্থু
পাম্বা কৈরেন তোংতুনা
খোঙ শানগ্রে। কোমজিন তুথবদি
নোংখোং কৈদা লৈবগে খঙদবনা
পলেম লৈমরেন শিদবীদা
কোলোয় পাওমেন্নজরক্লে।

কোনজিন তুথোকপনা মমা লৈমরেন শিদবীগী মকমদা কোংয়াং চৈঙ তাবগুম্না তাকরগা খুরু খুদক লৈতারগা মথুং খুংফাং লোম্নরগা হায়জরক্লে।

ঈশৈ

থৌজাল পীনবীরো ইমা
নপারী ঐদি রাখরেদা,
থম্মোইসে পুবা চমলক্করে।
পন্থো কুরুম শিদবনা
ঈচল-ইনাও ঐখোয় অহুমদা
নোংখোং তরেংলক হন্না কোয়নক্করো
হান্না খংবদা ফম্বাল শিম্নগে তাকপীরক্লে।
য়াম্লুং অতিয়া শিদবনা,
নোংশাদা শাদোং ওইরহুনা
খুংতা থাংশাং পায়রহুনা,
নোংখোং কোয়বা খোঙশানগ্রে।
য়াম্লু অসীবনা পাম্বা কৈরেন তোংলহুনা,
খুংতো থাঙশাঙ পায়রহুনা
নোংখোঙ কোয়বা খোঙশানগ্রে।
নচা ঐদি নোংখোঙ কৈদা লৈবগে খঙদবনা,
হৌজিক কাওবা খোঙ শাক্রেদো।
পন্থোগী কোলোয় অহংকপদো,
চাকচবা চমজদে নপারী ঐদি।

মপারীগী রারোল তাবদা লৈমরেন শিদবীনা রাখল থল্লম্মী। মপারী অহন, মপারী য়াইমা অনিদদ নোংখোঙ কদাইদা লৈবগে হায়বহু তাকপীরগা মপারী অতোম্বদদি তাকপীবগী-দমক মপারী অহনগা য়াইমগা অনিনা মপুক্তা মুংচাইতবা কয়া লৈরকনি। অদুবু মখোয় অনিদি হংলমদে, মপারী অতোম্বনদি হংজরে। হংজরবা পারীদা তাকপা হায়বা

অসিদি পলেম ওইবীগীদি তৌকম থোকপনি। মহুদা লাকপা অক-কন্তবা পুম্নমক অহৃদি চৌংঙ্‌ুগী থৌজালনী, লৈমরেন ঐগীদি পারী অতোম্বগী মতেং পাংবীরগে হায়না লেপপ্রে। রাখল পুম্নমক অসি থল্লগা মপারী য়েংহুনা লৈমরেন সিদবীনা হায়রকই।

ঈশৈ

লাও লাও ইমাগী পারী
ইমা লৈরি রাকুম্নগনু,
ইমানা নতেং পাংবীরগে,
নহাক্লা ফম্বাল ফংজরগনি।
নপল পন্থৌ শিদবসে,
অচম্বা থোইয়ুম নাংঙনে পারী।
চৌংঙ্‌ু মাগী থৌজালনা,
অমম-অঙাল থায়বনী।
থাম্বী মৈরোংনা শাবসু,
ঈশিং ঙুংশিংনা ঈংবসু,
চৌংঙ্‌ু মাগী থৌজালনী।
লৈচিল নোংফেন থাংবসু
লোংলেম্না ফুয়মা তাবসু,
চৌংঙ্‌ু মাগী থৌজালনী।

মথাগী ব রোলশিং অসি মথং মথং লৈমরেন শিদবীনা মপারী অতোম্ববু চিংনা য়েংলগা তাকপীরক্লে। পারী শানীতোন নোংগী মথোঙ লৈবা কৌনদে। নখোয়গী রাখল লৌশিং য়েংগে হায়রকীদমক নপল-পন্থৌমা হায়রকপনি। নপল-পন্থৌ কুকুম শিদবগী থৌজাগ্না নোং-নুংশিং, নুমিৎ, থা, ৎর নমিচাকনচিংবা তেংবানবদা লৈরিব পুম্নমক অসী পুথোকপনি। তেংবানবা

অসিস্থ পম্ভৌ নপাগী থৌজালনা শেম্মনী। মমম অহুনা পম্ভৌ নপাগী কম্বালগী কাংখোঙ মাপন অসিবু য়েং ওইনবা তয়েংলক হন্না কোয়জরবদি নোংখোঙ কোম্ববা হায়বহু শরুগনী। মমম অসিনা পম্ভৌ নপাগী কম্বালগী কাংখোঙ মাপন অসিবু তয়েংলক হন্না কোয়রগা পম্ভৌবু খুম্মনজরুম্মো, নংনা কম্বাল কংলগনী পাম্নী হায়না পলেম মমা নৈমরেন সিদবীনা তাকপীরক্লে। পলেমগী পাউতাক মতুং ইন্না পম্ভৌ মপাগী কম্বালগী কাংখোঙ মাপন অহুবু য়েং ওইননা তয়েংলক হন্না কোয়রুরগা পম্ভৌ মপাবু খুম্মজরক্লে। মতম অহুদা পম্ভৌ মপামা হায়ম্বকথি। পাম্নী শানৌতোন, নংনা ঙসী তৌরিবশিবু খোইয়ুম কনানা তাকপীবগে হায়না হংলরুবদা কোনজিন তুখোকপনা, পলেম্না তাকপীবনী হায়না খুম্মকথি। মহুদা কুরুম শিদবনা পেম্মহুনা মচাবু য়েংলহুনা হায়রক্লে। পাম্নী শানৌতোন নহাক্কি পলেম নমাগী থৌজাল কংলহুনা পম্ভৌ নপাবু শক খঙবা কংজরে। নপাবু মশক খঙলবা নহাক অসী পাখংবা হায়বা কোলোয় মিংথোন অসী পীবীরবনি। তুংদা লাকদবা য়োইবু য়োইহেন তাম্লকদবা পুম্নমক্কুগীস্থ পাম্নী নংনা থোইনা হেল্লবনিনা পাখং য়োইরেনবা হায়নস্থ কোলোয়বীরবনী হায়না তাকপীরক্লে। মহুগা লোয়ননা মরোল অহুমগী অম্সুপ্পা কম্বাল পীবীরে।

ঈশৈ

পাখংবা হায়বা কোলোয় মিংথোনবীরে।
মরোল অহুমগী অম্সুপ্পা কম্বালবু পীবীরে।
লুহুপ মনিল নাইবস্থ পীনবীরে পম্ভৌনা,
থাঙকোয়-য়াঙবা খুংগু থাঙ, শিম্নবীরে পম্ভৌনা।
খুংগু লিকং পীবীরে, তেনবী য়াইওইবা পীবীরে,
থাজ কোংগাই শাব তেনস্থ পীনবীরে পম্ভৌনা,
থাম্বী মৈচাং হত্তবা তেন, লাইজ ইপোম হত্নবা তেম,

আলং ফুয়না হুম্বা তেন,
অমাং অতা লৈরবা খুৎলাই পুম্বা পীবীরে।
খোঁজালগী মপু ওইজরো,
তাইবং নিংশা পাল্লিবশিংবু খোঁজানবীয়ু তাকপীরে।
তোল্লবশিংগী চঙজকম, পাবী নংনা ওইযুকো,
মবোল অহুম ভাকচস্বা,
পাঙ্গল লৌশিং তাকপীরে॥

মরোন

কুক্রুম শিদবনা লৈমরেন শিদবী য়েংহনা হায়রকই। হৌজিক্তি শানৌতোন্না ফম্বাল শিন্নবীরবনিমা ঐখোয়দি কুক্রুম সনচৌংদা চৎলসী হায়রক্লে। মতম অতুদা লৈমরেন শিদবীনা হায়রকই। শানৌতোন্না কংজরিবা ফম্বাল অসি শানৌতোনগী লোয়ননা লাইরেম্বী অমগা ফম্বাল অসি কংহনননা চুমলোইস্ত্রনে লাইনিংথো হায়রক্লে। মতম অতুদা পারীগা ফম্বাল তোংম্নিবদা মতিক চাবা লাইরেম্বী কনা লৈবগে হায়না হংলক্রুবদা লৈমরেন শিদবীনা হায়রকখ। চৌংডুগী কোলোয় নয়াথং মতুং ইন্না লৈমরেন ঐনা লাংওন্দুনা চৌংথৈ য়াইফু নিংথৌগী মমোম শক্লা নাউকোলহল্লিবী লৈকক লৈয়ারেন হায়না কৌবী লাইরেম্বী অতু শানৌতোনগী লোয়ননা ফম্বাল তোংবদা মতিক চাগনি হায়না হায়রক্রুবদা কুক্রুম শিদবনা চৌংথৈ য়াইফু নিংথৌবু কংলাদা কৌরক্লে। চৌংথৈ য়াইফু নিংথৌনা ফজরবা শগোল অমা তোংলহনা কংলাদা থুংলরে। কুক্রুম শিদবগী মফমদা কোলোয় নয়াথং তাকপীযু হায়না হায়জরক্রুবদা কুক্রুম শিদবনা হায়রক্লে। নমোগ লৈকক লৈয়ারেন অতু শানৌতোনগী লোয়ননা ফম্বাল তোংলুসী হায়বদা চৌংথৈ নিংথৌ নহাকী অনিঙবা করি লৈবগে হায়না হংলক্রুবদা কুক্রুম শিদবী খোঁজালনি, ঐনা অমুক কম্বিস্নু হায়নিংঙাই লৈজদে। অস্তুম তৌনা ফম্বাল তোংনবগী মুমিৎ

লেপল্লে। খোইয়ুম লাই হায়রুবা লৈরিবা পুন্নমক অমম্তুং তাইবং মী পুন্নমকন্থু কুক্কুম শিদবনা কম্বাগী পাওজেল চেল্লরে। চীংথৈ য়াইকু নিংথৌনন্থু খোইয়ুম লাইয়ামদা অমম্তুং তাইবং মীশিংদা পাওজেল চেল্লরে। পাউ অছ হেক কংবগা খোইয়ুম লাইয়াম্না কংলাদা তিল্লরে, তাইবং মী কয়াম্থু কংলাদা তিল্লরে। চীংথৈ য়াইকু নিংথৌগী কোম্নুংদনা সোরারেনগী লাইরেম্বী ময়াম অমম্তুং খমনুঙ লৈবাক্কী লাই মুম্বী ময়াম তিল্লরে। তোইবংগী মুপী কয়াম্থু তিল্লরে। সোরারেনগী লাইরেম্বী ময়াম্না য়েং-ওইননা, খমনুঙ লৈবাক্কী লাইরেম্বীশিংনা ওই-ওইননা তাইবং মুপীশিংনা তুং খংলগা লৈকক লৈয়ারেন হায়না কৌবী লাই-রেম্বীনা চীংথৈ য়াইকু নিংথৌগী কোম্নুংদগী কংলা পাংনা খোঙ শাল্লরে।

ঈশৈ

লেংঙক্লে লৈয়ারেন, চীংথৈ য়াইকু নিংথৌকোম্বগী
কংলা সনা য়াইকোন তম্না। লৈমরেন
শিদবীগী লাংওন ওইরিবীনে, পল্লো পাম্বাইদবী
পলেম পীনাইদবী, মদোম লমহৌরকপী
তোমশাংনবীনে। খোইয়ুম লাইয়াম লোয়নরে,
তাইবং কয়া লোয়নরেদো. লাইরেম্বী কয়াম্থু
লোইনরেদো। খোঙদা খোঙজী, খুৎত খুজী,
মাদ-মাশি, কোক্তা কজেংলৈ,
নীংথৈজ-ফজৈ, য়েংবদা পেনবা নাইদেদা।
ময়োল অহুমগী অম্পুম্বা কম্বালবু কংজরগনি খল্লুবদা,
খমোইনুংদা মুংঙাইজৈ, খোইনা হেম্না মুংঙাইজৈ।

## য়ারোল

কংলাগী মথোক্তদা লৈমরেন শিদবীগা লোয়ননা খোইয়ুম লাইয়াম্না লৈকক লৈয়ারেনবু মৈন্না থান্দুনা ওকপীরম্মী। লৈকক লৈয়ারেন হায়না কৌরবী লাইরেম্বী অদুগী মীংথিজবদু উবদা খোইয়ুম লাইয়াম্না ওক্করম্মী। লৈমরেন শিদবীনস্তু ওক্লম্মী।

তশেংবমক লৈমরেন সিদবীনা লৈকক লৈয়ারেন লাংওন্নি-লৈগী মমাংদা খোইয়ুম কনাগী মকমদা চঙহনা লাংওনসিগে খন্নকপা মতমদা লৈরক্কবদগী লৈমরেন সিদবীনা খল্লক্লে। খোইয়ুম লাইরেম্বী অমগী মকমদা অমুক চঙলুদ্রবস্তু লৈমরেন ঐগী লাংওন অমা পুথোক্লগা লোইরে হায়হনা কোয়ৌ, মালেম. লৈয়োলম্নুঙদা লৈরিবা লাইরেম্বী পুম্নমক্কী থোইনা হেন্না চঙ-খোল্লবী লাইরেম্বী অমা থোরক্লো হায়দুনা খুবাক হেক খুবা মতমদা চহী ১৫ গী মতমগী শক্তম ওইরবা মুপীমচা অমা হেক লৈমরেনগী মনাঙা লেপ্তুনা লৈররে। লৈমরেন সিদবীনা হায়রকই—ইবেম্মা নংাক অসী ইমানা লাংওন্দুনা কৌথোকপনি। কুরুম সিদবগী কুম্মৈ শান্নবদা নংস্তু শক্কক য়াগদৌরিবনি।

নংগী কোলোয় নমিংদ ঈমানা লৈকক লৈয়ারেন হায়না কোলোয়বীরবনী খোইয়ুম কনাগী মকমদা নাউকোনহনগদগে হায়বগী বাখল তৌহনা লৈরিগৈগী মতংদা মজরবা শগোল অমা তোংলহনা চীংথৈ য়াইখু নিংথৌনা কংলাদা চৎলুগনী হায়হনা লাকপদা য়াংদৌ লম ঙদা লৈমরেন সিদবীগা উন্নরে। লৈমরেন সিদবীনা চীথৈ য়াইফু নিংথৌ য়েংলহনা হায়রকই। লাইনিংথৌ ইবুংঙো, নমোম অসী ঐনা লাংওনবনী, কুরুম সিদবনা কুম্মৈ শান্নবদা য়াওগদবী লাইরেম্বীনী. লাইনিংথৌনা মহাকপু নমোম শক্লা নাউ কাল্লুরো হায়না শিন্নরক্লে। মপাবী মমোম শাংত্তবা, চীংথৈ য়াইফু নিংথৌগী হরাওবগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে। অস্তুম তৌনা চীংথৈ য়াইফু নিংথৌনা লাংগোই

শগোল মথক্তা হাপ্তুনা পুখ্রগা মমোম শক্লা নাউকোন্দুনা লৈ-রকপনী। মরোল অহুমদা লৈমরবী লাইরেম্বী পুম্নমক্তগী হেন্না চঙখোল্লবা লাইরেম্বী খোরক্লো হায়না লৈমরেন সিদবীগী রাহৈ অহুগী মহুং ইন্না অহুম্নবা চঙখোল্লবী লাইরেম্বী অহু শাকোঙ-লকপনি। ঙ'ক্রুংঙাই লৈতবনী অহুম মমাংদৈগী রারোল অহু কাউখিবদগী লৈমরেন সিদবী খাওবমা ওক্লুবনী। মমৈথংদদি লৈমরেন সিদবীমা মমাংদৈগী রারোল পুম্নমক নীংশীংলক্রে। মতম অহুদা লৈমরেন সিদবীনা খোইম্না হেন্না নুংঙাইখি। লৈমরেন সিদবীনা লৈকক লৈয়ারেনমক্কু ফম্বাল তোংবা নবগীদমক কংলাগী ফম্বালগী মনাক ম্নোনা কোন্দুনা পুম্শিনবীরকপহু উবদা কংলাদা তোঙ্ম্লবা খোইয়ুম লাই পুম্নমক্লা ওক্লুবম্মী। লৈমরেন সিদবীগা লৈকক লৈয়ারেনগা অনিনা চান্না লাকপহু উবদা খোইয়ুম লাই পুম্নমক্লা থাক অনি কাংনা খোকপগুম্লে হায়না শোম্নখি। লাইনিংথৌ পাখংবগা লৈকক লৈয়ারেনগা অনিনা ফম্বালদা ফমলে। কুরুম সিদবনা মকোক্তা ঈশিং খিকপীরে। লাইনিংথৌ পাখংবগা লৈকক লৈয়ারেনগা অনিনা পুম্না ফম্বাল থক্তা ফম্বদা মালেম পুম্নশি পুমঙাম চানখি। নুমিৎ কৌবা লাইনা ইকায়রবগী মশক ওইনা লংনা চানখি। তিল্ল-রিবা খোইয়ুম লাই পুম্নমক অহুনা লৈরাং খুজোক খুজোক কংনরকখি। তাইবং মী পুম্নমক্কুম্ লৈরাং খুরাম খুরাম কংন-রকখি। অসুম তৌনা লাইনিংথৌ পাখংবনা লৈকক লৈয়ারেনগা লোয়ননা ফম্বাল তোংবা অসিবু পাখংবনা ফম্বাল তোংবা হায়রহুনা হৌজিক ফাওবা নীংশীংনরিবা অসিনি।

সোরারেনগী লাইরেম্বী মরাম্না লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিবু মেংলগা অসুম্না শোম্নখি।

## ঈশৈ

ঙাম্মোইবীরে লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিবা,
নীংথীরবা কম্বাল থঙ্কা।
নীংথীজরে কজরে, য়েংবদা পেনবা নাইখিদরে,
পান্দম্মিংঙাই লৈতে, মরোল অঙমদা।
লাইনিংথৌগী কোক্তা লুহুপ মনিল নাইবা,
লাইরেম্বীগী কোক্তা নীংথীবা কতেংলৈ,
খোঙদা খোঙজী, খুৎতা খুজী,
নীংথীজরে কজরে, য়েংবদা পেনবা নাইদেদা।
সোরারেনগী লাইয়াম্মা শেকপীনবু খাল্লিয়ে,
খমুং লৈবাক্কী লাইয়াম্মা ফানখোঙবু শেম্মবী,
মালেমগী লাইয়াম্মা কোয়না খৌগল তৌরিয়ে,
পান্দম্মিংঙাই লৈতে, মরোল অঙমদা।
সোরারেনগী লাইরেম্বা শিংহুনা,
হম্না হম্না শোনজরক্লে।
নীংথীরবা অনগী শকফম,
অমুক হম্না উররোই।
হায়জরক্লে অনিদা,
নীংথীরবা শকফমহুব,
মতম পুম্বদা উহনবীয়ু।
লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী,
নীংথীবা শকফম্মু উরগা,
মরোল অঙমদা লৈরিবা,
খোইয়ুম লাই পুম্বনা,
থোইনা হম্না মুংঙাইক্কে।

হে খোইযুম লাইনিংথৌ অস্থপা,
খোনজেল য়াইবী পীবমা।
সন্তুরং সনা চৈংজেন তনৌবা,
চৈংড্‌ নখোঙথাদা চঙলবী,
থৌজাল পীবীরো, ইবুংঙো।
অমোই কিশ লৈত্রবা, লাইনিং পম্প চেংলবা,
লাইনিংঙনশিংতুবা তাকপীবমা হৈবা মতুং ইন্না,
তাংখং মীওইবশিংনা চৈংড্‌গী খোঙম তোঞবা।
পুক্নিং লৌশিং লেপ্লবা, তোঞ্জদি ঐখোয়মা,
চৈংড্‌গী খোঙল তোঞবিরে, পেলমীমুনে ইবুংঙো,
থৌজাল তাহেন নাইবীরগনু।

কংলা সনা য়াহকোম্দা।
লাইনিংথৌ-লাইরেম্বীনা ঙানখোইবীরে।
নীংথৗজরে কজরে, পান্দনিংঙাই লৈখিদরে।
মরোল অঙ্গমগী মপু ওইবা
নিঙনখোইবা অখোইবনে।
কোয়োগী খোইযুম পুম্বা তিল্লরেনে কংলাদা।
লৈরোলম্পুংগী খোইযুমশিংসু চোম্বা তিল্লরে কংলাদা।
খোইযুম লাইরাম্বা লৈরাং খুজোক খুজোক কংলে।
তাইবং পুন্সসু লৈরাং খুবাম খুবাম কংলে।

## কুরুম সিদবনা সনচৌং কাবা

পাখঙ যোইংবনবগী লৈকক লৈয়ারেন অমিনা ক্রস্যাল তোংবগী থোঙম পুম্মক অহু মপুং কানা লোইরবা মচুংবা হৈরবেন শিদবীগী কামবদুনা কুরুম সনচৌংদা চংননবগী থোরাং তৌরক্লে। মতম অহুদা মকু পুন্সবসু কুরুম সিদবগী মাথংনা

কংলাদা য়োয়রে। কৌব্রু, থাংজিং, মার্জিং, পনম নিংথৌ, নোংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বা, চীংখৈ মাইকু নিংথৌ, মোংশাতাউ, লৈশাতাউ, সোৱারেন, থম্মুং থোংঙারেন অসিনচিংবা খোইয়ুম লাইয়ামগা লোয়ননা পাখঙ য়োইরেনবনা পন্থৌ মপা কুক্রুম সিদবা অমসুং মমা লৈমরেন সিদবীবু থুক্রমজয়রে। মতম অহুদা কুক্রুম সিদবনা পান্থৌ শানৌতোন মহাক্তি পন্থৌ নপান্না তৌবা ঙম্বা পুন্নমক ঙমজরো, সাইয়োন-লাংওন পুন্নমক পন্থৌ নপাগুম্না ঙমজরো হায়না থৌজাল লমকুবীরে। মংগী মতম লোয়রবদা মকু পুন্সিবা তোংহুন্না পন্থৌ নপাগী লৈফমদা থুংলো লাউ হায়নন্থ তাকপীরম্লে। মায়কৈ ঙাকপা খোইয়ুম লাই পুন্নমক্তন্থ শানৌতোনগা লোয়ননা খোইয়ুম লাই, তাইবংমী হায়হুন্না লৈরিবা পুন্নমকপু সুংঙাই-য়াইফনবা নীংথীনা হোৎনো হায়না য়াথং পীরম্লগা মকু পুন্সিবা তোংহুনা লাব নোংলৈফম, মিরেন য়াকাইরক মতুং ইন্না কুক্রুম সনচীংদা থুংখি।

কুক্রুম সিদবনা কুক্রুম সনচীংদা লেঙপ্লবা মতমদা লাইনিংথৌ পাখঙবনা থল্লকই। মপাঙ্গল-মথৌনাদা থাক্লবগী কান্নবা লৈত্রবা, কোয়ৌ-নোংথৌ মরোন মাপন অমসুং মালেম লৈরোল মাপন শেমখিরা, সুমিং, থা থরানমিচাক থোকহনখিবা মৈ, ঈশিং, সুংশিং, পুথোকখিবা, তাইবং মীবু শেমহুনা মথরাই হাপতুনা মালেমদা থুন্দা লৈতাহুনা লৈহনখিবা ময়াম্বুং অতিয়া সিদবা অমসুং অসীবা অনিনা নোংথোঙ কোয়বা হল্লক্লিকৈঙগী মতম অসিদা পলেম-পন্থৌ অনিগী থৌজালনা মরোল অহুমগী অসুপ্পা ফম্বাল ফংজরে। পন্থৌ মপানা অমাঙ-অতা লৈত্রবা থুংলাই কয়াদি শিন্নবীরম্লে হায়ববু ময়াম্বুং অনিনা হল্লক্লবা মতমদা করি থোক্লগদগে হায়বগী বাথল অহুদি মতম পুন্নমক্তা থন্দুনা লৈরম্মী।

লাইনিংথৌ পাখঙবনা বাথলশিং অসী থম্না থম্না অসুম্না হায়রকখি:—

পাখঙবনা খনখিবা

লেঙখরে কুকুম সিদবা,
য়োখখৈদো কুকুম সনচীংদা।
ময়োল অঙমদা লৈখিবা,
খোইয়ুম পুন্নবু থাদোকখীরম্রে।
অহাংবা ওইরে, ময়োল অহুমসে
অহাংবা ওইরে, খোইয়ুমশিংগী থমোই

## অসীবনা নোংখেঙ কোয়বা হল্লক্রে

পাখঙ য়োইরেনবনা ময়াম্বুং অসীবা হল্লক্লগা কবি থোক্লগদগে হায়না খন্দুনা লৈরিবেদা ময়াম্বুং অসীবনা নোংখোঙ কদাইদা লৈলগে হায়বহুদি খঙদবনিনা লৈয়োল মাপন, নোংলোন মাপন অমস্তুং মালেম অসিবু তয়েংলক হন্না কোয়কররগা কংলাদা থুংলরে। পম্মো মপাবু খুক্লমজরুগে হায়হুনা ফম্বাল তম্না চঙশীন্নকপা মতমদাদি পম্মো মপাদি লৈরমদ্রে। মনাঙ কোমজিল ভুখোক-পনা ফম্বালদগী কুমথরক্লগা য়াম্বুং ননাঙনা খুক্লমজরি হায়হুনা কোংয়াং চৈঙ তাবগুম্না তায়হুনা খুক্লমজরক্রে। হৌগৎলগা পম্মোদি মঙোন্দা ফম্বাল শিন্নবাবম্নগা কুকুম সনচীংদা পলেমগা লোম্মনা লেঙল্লে হায়না পাউদমজরক্রে। মতম অহুদা অসীবনা খল্লম্মী। পম্মোদি মপাম্নীশিংদা ওইদবা বা ঙাংলেদমা,। মপান্নী অতোন্দা ফম্বাল পীগে হায়বরস্থ অহুম্মক পীবীবদা ঐনা কম্বিস্তু হায়গদবা লৈতে। ঐখোয়বুনা নোংখোঙ কোইক হায়হুনা অথাম্প্রদা থাদোক্লগা মপাম্মী অতোম্বদা ফম্বাল শিন্নবম্নবনিনা ঐনা শেম্নকবা মালেম অসি মথক মখা ওম্বোক্লুনা মাঙহন্নগে হায়না লেপখ্রে। মালেম মথক মখা ওনগদগী তৌরকপা মতমদদি পাখঙ য়োইরেনবনা হায়জরক্লে। য়াম্বুং মালেম মথক-মখা

ওনবীগনু, মালেম অসি চাকউ হায়দুনা পন্থোমা ঐঙোন্দা শিন্নবীরম্রবনী, ঐনা য়াম্নুংবু তৌবীগনু হায়না খুমমজরিবসিনী হায়দুনা ময়াম্নুংদা খুমমজরক্লে। মতুদগী অসীবনা হনবা লৈরক্ত্রবদা পাখঙ য়োইরেনবনা পন্থৌ মপানা শীরম্না ওঙং থাঙকোই য়াংবা হায়না কৌবা থাঙজেল অদু হেক কাইগংলকপা মতমদা কুরুম সিদবনা লৈমরেন সিদবীগা মকু পুন্সিবা তোংদুনা কংলাদা থুংলরে। কুরুম সিদববা শানৌতোন ঙাইখো হায়দুনা খাম্নগা মপারী য়াইমা অসীববু কুরুম সিদবনা কৌবদা লাকখিত্ররবদা লৈমরেন সিদবীনা কৌবদগী অসীবনা পলেম পন্থো অমিবু খুরুমজরক্লে। কুরুম সিদবনা হায়খি। পারী, ঐনা হায়খিবা মতুং ইন্না নলাওনা নোংখোঙ কোৎনা হংম্না থংজৎ মম্নম্না মঙোন্দা কম্বাল শিন্নরমী। ইপানা হাম্নবা বা, অমুক হোংবা হায়বসিদি তৌহৈনবা ওইরমগনী। কম্বাল অসী মজুবা পারী নংগীদমক ইপানা থাক্লিবাদি মালেম তাইবং পামবদা লৈরিবা ফুম খুদিংমক অসিগী নিংখৌ ওইজরে। তাইবং মীওইবনা পারী নং ঙান্দা হৈকং-লৈকং তৌদুনা খুরুমজরবা মতমদা মখোয়গী অবাবা কোকপীবা অদুবা হায়বদুম্ন পারী নংগী শরুক ওইজরে হায়না তাকপীরে। পারী অতিয়া হায়দুনা অতিয়া সিদববুম্ন কৌরক্লে। অতিয়া সিদবনা পলেম-পন্থো অমিবু খুরুমজরক্লে। মতম অদুদা সিদবনা হায়রকই। পারী শানৌতোনবা নোংখোঙ কোইবদা হাম্না থুংলবা মম্নম্না কম্বালদি মঙোন্দা শিন্নবীরে। মনাও অসীবনা, মালেমদা লৈরিবা তাইবংগী ফুম খুদিংমক নিংথৌ ওইজরো হায়না পীনী-রবনী। পারী নংগী শরুক তাইবং মীওইবশিংবু নোংশিবা নোংদমলীবা হায়বদু ওইজরো। পারী নংঙান্দা হৈকং-লৈকং তৌরবা চঙজরগা তাইবং অদুগীদমক পারী পংনা খোঙাল শীনবা অদা, নোংশিবা নোংদম্নীবা অদা হায়বদু ওইজরো। নচিন-ননাও অহুম্না মালেম পুন্সীবু মাগী মাগী পরম অদু

কায়দনা: মুংঙাই য়াইকনা পানবা হায়বছ ওইহল্লো হায়হুনা মাগী মাগী মথৌ অহূ পীবীয়য়গা অমুক হন্না মকু পুন্সিবা তোংহুনা ক হংকো হায়বা চক অসিদা চহি লাক্ষ অহুম (৩,০০,০০০) পাল্লম্নগা কুরুম সিদবনা লৈময়েন সিদবীগা লোয়ননা লাব মোংলৈকম মিয়েন য়াকাইরকপা মতুং ইন্না কুরুম সনচীংদা লেঙল্লে। মতম অহুদা অসীবনস্থ মনাও কোনজিন তুথোকপনা নোংখোঙ কোয়-বদা হান্না থুংলবগীদমক পন্থৌনা ফম্বাল পীবীয়বনি হায়বছু খঙবদগী পুক্লিঙদা মুংঙাইতবা লৈত্রে। অস্থুম তৌহুনা অতিয়া সিদবা অমস্থুং অসীবা ময়াম্থুং অনিগা লোয়নবা পাখঙ য়োই-য়েনবনা ময়োল অহুমগী অস্থুপ্পা ফম্বালদা ঈংবা মম্না তপ্পা পানখি। পাখঙ য়োইয়েনবনা পানবা মতম অসিবু থোই হংকো হায়না খঙনৈ। পাখঙ য়োইয়েনবনা ময়োল অহুমগী অস্থুপ্পা ফম্বালদা থোই হংকোগী চহি লাক্ষ অনি (২,০০,০০০) প ল্লম্নগা মপাম্বা কোয়ৌ হনবদা ফম্বাল শিন্নয়ম্নগা পম্থৌ মপা কুরুম সিদবনা তাকপীয়স্বা পাউতাক মতুং ইন্না লাব নোংলৈকম মিয়েন য়াকাইরকপা মতুং ইন্না মকু পুন্সিবা তোংহুনা লৈকক লৈয়ায়েনগা লোয়ননা কুরুম সনচীংদা পম্থৌ মপা কুরুম সিদবগী মনাক্তা য়োখি। কোয়ৌ হনবনা পানবা মতম অসিবু তয়ো হংকো হায়না খঙনৈ। তয়ো হংকোদা চহি লাক্ষ অমা লিশিং কুন (১,২০,০০০) চুপ্পা ময়োল অহুমগী অস্থুপ্পা ফম্বালদা কম-হুবা পাল্লম্নবা মতুংদা কৌবয়েন্দা ফম্বাল শিন্নয়ম্নগা কুরুম সনচীংদা কাখি। কোয়ৌ হনবনা চহি লাক্ষ অমা (১,০০,০০০) চুপ্পা পয়ো হংকোদা পাল্লম্নগা কুরুম সনচীংদা কাখি।

১। ক হংকোদা কুরুম সিদববা চহি লাক্ষ অহুম (৩,০০,০০০) ফম্বালদা লৈবা।

২। থোই হংকোদা পাখঙ য়োইয়েনবা (কোনজিন পাখঙবা) না চহি লাক্ষ অনি (২,০০,০০০) ফম্বালদা লৈবা।

৩। অয়ো হংকোদা কোয়োহনবনা চহি লাক অমগা লিশিং কুন (১,২০,০০০) কম্বালদা লৈবা।

৪। পঙো হংকোদা কৌবয়েমা চহি লাক অমা (১,০০,০০০) কম্বালদা লৈবা।

অসুম তৌনা তেংবানবা অসি শেমলকপেদগী চহী লাক অয়েৎ লিশিং কুন (৭.২০,০০০) অসিবু লাইগী মতম হায়না খঙৈ। মচুংদা তাইবং মীনিদি হায়রগা খোইযুম লাইগুম্বশিং মথং মথং পাল্লকখি। মতম অমুদা কুকম সিদবগী লাংওনশিংসু মথং মথং লাংওনলকই।

১। হন্নিচকতা—লিলা পাখঙবা হায়না লাংওনবীয়রে। মতম অমুদা কম্বালদদি নিংথৌ কাংবনা লৈরে। মতমদি চহি লিশিং অনি (২,০০০) নী।

২। হয়াচক্কা—সোনজা পাখঙবা হায়না লাংওনবীয়রে। কম্বালদদি মোরিয়ানা লৈরে। মতমদি চহি লিশিং অনি (২.০০০) নী।

৩। খুন্নুংচপ্পা লোলাং পাখঙবা হায়না লাংওনবীরক্লে। লোলং পাখঙবগী মতমদদি চহী লিশিং অমা চামঙা (১,৫০০) য়োম্নী। অদুগা কম্বালদা কৈবদি তৈমা, তাবী, শাকাপ্পা, কাংকাপ্পা, ককগুবা হায়না কৌবা নিংথৌকাংবগী মশুশিংনা পাল্লে।

৪। লাংবচক্কা—তেকামবগী মপু কুকম সিদবনা নোংদা লাইরেন পাখঙবা হায়না লাইওনবীরক্লে। কম্বালসু মশামক্তা ওনথোইহনা পাল্লে। নোংদা লাইরেন পাখঙবগী মচা মশিং-না মথঙ-মথঙ পাল্লক্লে। লাংবচকী মতমসু চহী ২,০০০ লোয়্নী।

মৈতৈগী পুন্সীশিংদা কোনচক হায়বা অমা তোয়না থেংনৈ। কোনচক হায়বসীমক্তি লাংবচক্কী মমৈবাই অসিবু কোনচক হায়না খঙনবনা অচুম্বা ওইগনি হায়না খনৈ। পুয়াগী মরোল কুপ্না য়েংজরকপদা নিংথৌ নাউথিংখোংনা পানবা মতমদগী কোনচক হায়না কৌবা চক অহু হোৌরে হায়না লৌবা য়াই। মতম অহুদগী নোংদা লাইরেন পাখঙববু কোনজিন পাখঙবগী সাইওন্না হায়না লৌনহুনা নোংদা লাইরেন পাখঙববু চেৎনা নীংনবা মতম ওইখি। নাউথিংখোংগী মতমদগী কোনচক হায়বা চক অহু হোৌরবসু অহুপ য়াম্না চৈথেং লাক্তি। নিংথৌ ক্যাম্বগী মতমদগীদি কোমচক্কী চৈথেং নীংথৌনা লৈরে হায়না লৌবা যাই। কোনচক অসিদদি মচিন-মনাও, মপা-মচাগী থুংশিনবা য়াংলকপা অসিগুম্বা কয়া লাকখি।

ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা লাইনিংথৌ পাখঙবগী ময়াই অসী কয়ামুক চাউবগে হায়ববু লাইনিংথৌ পাখঙবগী কোলোয় মমিং অসি মখাদা ইরিবা অস্মুম্না খঙনবি। লাইনিংথৌ পাখঙবগী মিংলেমশিং অসী খঙলগা, পাখঙবগী ময়াই খঙনমবগী লম্বী থিবদা য়াম্না থুংলোয়গনী হায়না খমনৈ।

## লাইনিংথৌ পাখংবগী মিংথৈরোল

১। মপা খঙতি হায়বগীদমক পাখঙবা হায়না কৌই।
২। তুংদা লাক্কদবা য়োইবু য়োইহেন তাকদবা পুম্নমক্কীসু হেল্লনী হায়হুনা পাখঙ য়োইরেনবা হায়বা কৌই।
৩। লাই পুম্নমক্কী নিংথৌনী হায়বগীদমক লাইনিংথৌ পাখঙবা হায়না কৌই।
৪। ইপা-ইপু পুম্নমকপু পোকপীরকপনী হায়হুনা ইবুথৌ পাখঙবা হায়না কৌই।

৫। সনা অহিংবগী মচু মাঙ্গি হায়দুনা সনাহিং পাখঙবা হায়না কৌই।

৬। পাখঙবনা ওকসঙদা ভবং ভম্বংনা খোম্বক্রহুনা লাই খিঙ্কা ওকুয়ে হায়বগীদমক ওকখোং হায়না কৌই।

৭। লাইজ ইথোলনুংদগী তাউখংলক্লে হায়বগীদমক তাউরোইনাই পাখঙবা হায়না কৌই।

৮। কুক্রম সিদবগা মতম পুম্নমক্তা লোম্বনগুনা লৈ হায়বগীদমক লোইনাই পাখঙবা হায়না কৌই।

৯। মহাক্লা খমবা লাইনি হায়বগীদমক খমজিংকোল পাখঙবা হায়না কৌই।

১০। কুক্রম সিদবগী ময়াইবু খঙলবনী হায়দুনা পাখঙববু য়াই-খঙবা হায়না কৌই।

১১।পাখিবা-পুখিবা পুম্নমকপু খঙলে হায়বগীদমক পাখঙববু পেলাং পাখঙবা হায়না কৌই।

১২। পাখঙবনা মশক মুনা থোক্লকপা মতম য়াওই। মহুবু মুয়েন পাখঙবা হায়না কৌই।

১৩। পাখঙবনা ময়েক লানা থোক্লকপা য়াওই। মহুবু লায়ে পাখঙবা হায়না কৌই।

১৪। পাখঙবনা মেনফম তরেৎমক্তা তোংডি হায়বগীদমক তোং-লেন পাখঙবা হায়না কৌই।

১৫। লাইনিংথৌ পাখঙবনা খুয়াইমেন তোংলে হায়বগীদমক খুয়াই মেন্দোং পাখঙবা হায়না কৌই।

১৬। পাখঙবনা ব্রাংখৈগী মেন তোংলে হায়বগীদমক মমিং হয়েম্বা হায়না কৌই।

১৭। খ্যাইগী মেন তোংলে হায়বগীদমক পাখঙববু য়াই তোঙবা হায়না কৌই।

১৮। পাখঙবনা য়াইস্কলগী মেন তোংলে হায়বগীদমক লাংলেঙসন পাখঙবা হায়না কৌই।

১৯। কৌক্রুগী মেন তোংলে হায়বগীদমক পাখঙববু কাওথাংবা হায়না কৌই।

২০। কুরুম সিদবগী মশক মায়া শাকোঙলকপনি হায়বগীদমক পাখঙববু থাংমাই পাখঙবা হায়না কৌই।

২১। লৈকক লৈয়ারেন কৌবী লৈমরেনগা লোয়রনা মেন তোংলে হায়বগীদমক মেনলাংচাব পাখঙবা হায়না কৌই।

২২ কাংলৈ পুংময়েল অসিদা ডায়া লংবা পাল্লি হায়বগীদমক কাংলৈ লংবা পাখঙবা হায়না কৌই।

মথাংগী ঈশৈ অসী লাইনিংথৌ পাখঙবগী ডাংলোখাদা নদাইরেন খোয়ৈ পায়জরিবা ঐনা কচ্ছরি।

অরোনবা

অঙানবদা তেংবানবা মপুবু খুরুমজৈ। অনিঙবদা, থমোয় কিশি লৈত্রবা, লাইনিং পরয় চেংলবা, কোরৌথক্তা খোইয়ুমগী লাইরুপুবু তিনপ্রবা, পস্থোশিংনা তাকপীরস্বা হৈনা মতুং ইন্না তেংবানবগী মপু কুরুম শিদবগী কোলোয় মীংথৈরেনবু শোনজবগে থৌরাংজরি। থোজাল পীনবীয়ো হায়না পস্থোকাদা খুরুমজৈ। অত্তুম শুবদা শোন্নবুংগী মরায়দা কোয়না- লেম্না ফস্থীরিবা লাইনিং পরয় চেংলবা পলেম পস্থোশিংবু খুরুমজৈ। তেং- বানবগী মপু কুরুম সিদবগী লোইনাইদ্রবা মিংথৈরেনবু, তোল্লবা নদাইরেম ঐশোয়না রাংলেন পুংগোয় খরদংবু শকচবদা হায়- গদবনা হায়কৈদগা, হাইরোইদবনা মাঙওইনখিবা, পথাপপু- পারিংবু কায়খিবা পুন্নমকপু ডাকপীয়ু, ডাকপীয়ু খুরুমজৈ।

থমোয় কিশি লৈত্রবা, লাইনিং পরয় চেংলবা,
কোরৌথক্তা লৈপ্রবা লাইমিংহনশিংহনা,
তাকপীরবা কোলোয় হৈনা মতুং ইন্না,
চীংঙ্গী থোগল তৌজবগে, থোজাল পীনবীয়ো।

## তান-বলী

হরিগী মিংলেন শোরসীনে, হয়াগী কোলোয় শকুসী।
হরি-হয়াগী মিংলেন শোরসীনে,
হরিনা কোরৌনি, হয়াবা মালেমী।
কোরৌ মালেম অনিনা কাঙমপু লৈবিদ্রি,
কোরৌনা ইপানী, মালেম্না ঈমানী।

মালেম নীংথিনা শেম্লক্রে, অতিয়া সিদবনা।
অসীবগা লোয়নবে, লাইবংথৌ মাপনস্থ য়াওরেদো,
লাই সুরা তরেৎ য়াওরক্লেদো,
লাইজ ঈশিং পুথোক্লে, থাম্বী মৈস্থ শেম্লক্লে,
মালংবস্থ হুমলক্লে লৈচিল নোংফেন থাংলক্লে,
অমম-অঙান থায়রক্লে, ঈচিক-ঈশা নাইরক্লে।
কোরৌ-নোংথৌ শেম্লক্লে, মালেম হৈংরোল শেম্লক্লে,
নুমিৎ-থা, থবানামচাক, মকম মকমদা থোকক্লে।
খোইয়ুম লাইয়াম পুথোক্লে, তাইবং মীস্থ শেম্লক্লে।
হৈকোল কয়া শেম্লেদো, হৈরাং নীংথীনা পারেদো,
লৈকোল কয়া শেম্লক্লে, লৈরাং ফজনা শাংলক্লে।
নীংথীরে ফজরে, পান্দম্নিংঙাই লৈতরে।

চীংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ, তেংবানবী মপু ওইবা,
মরোল অহুমগী মপুনী, নিঙনথোইবা অথোইবা,
তাইবংপানবু শেম্নীরিবা, কোরৌ মালেম শেম্নীরকপা,
তাইবংপুরুগী থরাই ওইবা, খোজাগী মশক ওহুবিরিবা।
লাইনিং পরৈ চেংলবশিংগী
থমোই কম্ল লৈতোনবুংদা তাম্পোইবীরিবা।

## মেন শাপ্পংপা

লুয়াং কোংনেম লৈকোয়বও, পুক্রিঙ পীনা তারোনে।
পায়ী লুয়াং তারোনে, পুক্রীঙ শেল্লোং নিক্তানা।
লৈরোল-নোংলোন পুম্নমক পুবিরিয়ে লুয়াং নংনা।
লুয়াং কোলোয় মমিংথোনবু লৈরিহনবা কৌমরি।
তুবী নতোক মকা কন্না খাল্লিমনে, সিদববু।

## অওনবা

পায়ী লুয়াং কোংনেম লৈকোয়বা,
নংনা থঙদবা করি লৈরিবগে?
সিদগী থৌজালনা শেম্বীবা মালেম্মী,
মালেম শুংনবু কোইওস্না নহাক্কী।
তুবী নথৌয়াংনা থৌগল্লি সিদবু।
তাইবং পুম্নমক্কী লৈপাক পাম্বীরেন,
মালেম লৈহৌফমদি লৈময়োনসিনে।
থুবমজো লুয়াং সিদবা মপুবু,
মহাক্কী থৌজালনা তেংবানবা ওইবনে।
অচৎপা-চৎতবা পুম্নমকসী
সিদগী থৌজালনা ওইহনবীরিয়ে।
শোনজরো পায়ী চাংঙুগী কোলোয়,
মহাক্কী থৌজালনা তেংবানবা ওইবনে।

## তানচপ

তারো পায়ী লৈকোয়বা,
পুক্রীং পীনা তারোনে,
তেংবানবগী মপু চীংঙু,
সিদবগী কোলোয়নী।

মীংখিজৈদা কুরুম সিদবসে,
কুচুবু য়েংলগা, সনা-অহিংবনা তমজবনে।
সনা ফিগে খোল্লিদো,
লুহুপ-য়াইরংচান্দ উপলিয়ে,
খোঙদা খোঙজী, খুংতা খুজি খোল্লিদো।

মেনতেক

নীংখৗজৈদা কংলা সনা,
তাইবং মপুগী লাইফমলেম।
মায়কৈ নিপান্দা উমং নিপান,
ময়ায়দা চৌংঙুগী লাইতিনকোয়ে।
হী-পোকপী উমংলেন,
য়াই-পোকপী উমংলেন,
য়েংবগী পেমদা নাইশিদরে।
সিমহি উমংলেন, থমরি উমংলেন,
নীংথবা লৈরাংনা পরেং শাংলে,
চৌংঙুগী কুইম্ম শান্নফমনে।

মেনকুপ

তারোনে পান্না লুরাং লৈকোয়বা,
থংোই থঙ্গাল মখুম হাংনা,
পুক্রিং শেল্লোং নিঙ্কানা তারো।
তেংবানবগী মপু কুরুম শিদবনি,
কোলোয় ময়াথংনা কোয়ো মালেম শেঙ্গনী।
কোরৌ-নোংথৌ মরেল মাপন,
মালেম লৈরোল মাপন শুনা শেয়েদো।
মৈ, ঈশিং, নুংশং লৈরিবা,
নুমিৎ, থা, থবানমিচাক পুম্মকসে,
সিদবা মপুনা শেম্মৗরিবনে।

থুরুমজরি লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিদা,
তোল্লবদি এঁখোয়না। মপোক মপোক
লাংওন লাংওন, চীংঙ্গী খোগল ফংহনবীয়ু।
পীমবীয়ু জাংলো থম্বাল, পুশিনবীয়ু চীংঙ্গী নাক্তা,
উমংলেন্দা শান্নবা কুম্মৈ, খোগজবা ফংহনবীয়ু।
সিমরি থমরি উমংলেন্দা, চীংঙ্না কুম্মৈ শান্নবদা,
পীনবিয়ু খোগনজবা।
কোয়েথকুস্মু কাজনিংদে, লৈয়োলমুংদস্মু কুমজনিংদে,
মালেমদতা লৈজরগা চীংঙ্গী খোগল ফংজগে।

অতম কুইনা কাউরুববা, হরিগী মিংলেন অখোইবা
নিংশিংলকপা মতমদা, পুক্লিং য়াম্না নুংশিজৈ।
হয়ি হয়া আননা, ওইহনবীবা তাইবংপালনে।
হরিগী মিংলেন শোল্লসানে,
হয়াগী কোলোয় শরুসানে।

## পাখংবা লাইনিংনা চাওথংলকপা

মতৌ অসুম তৌনা পাখংবা লাইনিং চংথররুবা মতমদা রাজকুমার তোমালস্না, নোংথোম্বম তোমচা, শমজেংশাবম কোবা কোইজম তম্ফা, সেরাম তোম্বীনচিংবা কয়ামুক লাইনিং মরুপ্তা চংশীল্লকখি। মতুংদা মোইরাংথেম ইবোতোম্বী, নোংথোম্বম লৈয়েনজাউ, পুয়াম মুহোরি, চোংথাম ইবোয়াইমা, য়োজো, য়েংখোম গৌরকিশোরনচিংবা কয়া লাইনিং মরুপ্তা চংশীল্লকখি। মতম খরগী তুংদা লাইশ্রম ধর্ম্মশিং, ওইনাম ইবোহল, ওইনাম গৌরাচান্দ, রাজকুমার কেতুকিস্না অমসুং থৌদাম চাউবনচিংবা কয়াম্সু মথং মথং চংশীল্লকখি। লাইনিং মরুপ অসিদা মরুপ

অসিনা লিংখৎপা ঈশৈশ্গী পালাবু লৈবাক মীয়াম্না পাখঙবা নিঙবা মীশিংনা লিংখৎপা, পাখঙবা লাইনিংগা মরী লৈনবা পালানা হায়রুনা পাখঙবা পালা হায়বা খঙনৈ। লৈময়োম অসিদা লৈরিবা মীয়াম্না পুয়াদগী লৌথোক্কুনা শকপা ঈশৈ অসিবু তাননবগীদমক তোংঙান-তোংঙানবা মকম কয়াদগী বার্তোন তৌরুনা ঈশৈ কৌনখি। ঈশৈ তাবশিং অহুগী রাখলদা মখোয়মক্না লাইনিং লাইশোন্দা পাখঙবা লাইনিংদা চঙশিন্দ্রবা ফাওবদা মখোয়দা নুংঙাইবা অমদি ফাওখিরম্মী। লৈময়োন অসিগী মপান্দা আসামগী হোজাইনচিংবা লমদম ফাওবদা মরূপ অসিগী মশা মরেং শন্দোকখিরম্মী। হোজাই লঙ্কাদা লৈবা কৈশাম চন্দ্রশিং, মরূপ অসিগী মরু ওইবা মীশক অমা ওইখি।

## পাখঙবা লাইনিংগী মরমদা ব্রহ্মাসভাগী রাখল

মরূপ অসিগী থবক অসী নোংম-নোংমগী চাওখৎলকপা উরুকপদগী শ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা। মরূপ অসিগী থবক পাখঙবা লাইনিং শন্দোকপাসিদা অপনবা পীননবা থবক কয়ামুক পায়খৎলকপদগী মরূপ অসিগী মরুওইবা মীওই শম্বু প্রজা মীয়াম্না খুর্ম্মগা মরী লৈনবা খোরমশিংদা তিন্নবা চুমদ্রে হয়না নোটিশ তৌরকপদগী মনিপুরগী খ্বাইদগী রাংলবা সিভিল কোর্ট, চিফ কোর্টতা কেস তৌনখি। হায়রিবা কেস অসিগী হোরককফমদি রাংথৈ লাইশ্রম লেকাইদা লৈবা য়েংখোম গৌরকিশোর হায়বা কোবা মৈতৈ লাইনিং মরূপ্তা য়াওদুনা পাখঙবা লাইনিংদা চঙলবা মীশক অমগী মচা পোকপগী তরুক্নিগী ইপান থাবদা (ষষ্ঠি পুজাদা) চংতৈবা হৈকৎ লৈকৎ তৌই। লাইরিক তৌবস্তু মৈতৈনা তৌই। মহুতস্তু নঙনা লাইরিক তাবা মতমদা পুং মৈহুনা ঈশৈ শক্কুনা লাইরিক তাই হায়বগী রাথোক অমা লাকখি। মৈতৈ লাইনিং মরূপকী মতম অহংগা প্রেসিডেন্ট ওইবা রাংথৈময়ুম গুলাপমচাগী মনাও খোকপা

শ্রীগোবিন্দজীবু চেংনা নিঙবা রাংখৈ ময়ুম কাজামচা কৌবা অমগা মীওই থরপনা য়েংখোম গৌরকিশোরগী অচা পোকপগী ঈশান থাবদা তৌখিবশিংদু ব্রহ্মসভানা য়াত্রা, করি লৈবগে হায়রবা রিপোর্ট অমা তৌরকপদগী অচৌবা যাখোক অমা ওইরকখি। ব্রহ্ম সভানা য়েংখোম গৌরকিশোরবু ব্রহ্ম সভা থাজে নং $\frac{১৬৭}{৪৬}$ গী য়াইগী মতুং ইন্না রাংখৈ লাইশ্রম লৈকাইদা লৈবা য়েংখোম গৌরকিশোর হায়রবসী মহাক্কী মচা পোকপগী ষষ্ঠি পুজা অমসুং য়ুমশেংবগী থবক্তা বেদগী হৌনবী তৌবা তোক্কুনা মৈতৈনা পুরোহিত ওইদুনা থবক তৌগ্রে, ব্রহ্ম সভানা বিচারগীদমক সমন থাবদসু সমন লৌদ্রে। মরম অসিনা বেদ অমসুং ধর্ম্ম শাস্ত্র চংত্রবা মীশক অসি ব্রহ্ম সভানা পাষন্দিনী হায়না লৌরে। গৌরকিশোর হায়বা মীশক অসি ধর্ম্ম শাস্ত্র চংলিবা, বেদ মার্গদা লৈবা মীশিংনা ভিন্নবা য়াদে, নোটিশ তৌদুনা লৈবাক্ত খণ্ডহনবিয়ু হায়দুনা দরবারগী প্রেসিদেন্টদা ব্রহ্ম সভানা হায়জবগী মতুং ইন্না দরবারগী প্রেসিদেন্টকী ওফিসতগী রারোল অসী তাং ২৩-১-৪৭ ইংদা নোটিশ থোকখি। ব্রহ্ম সভানা মখা তাবা ওইনা য়েংখোম গৌরকিশোরগী থৌরম তৌরুরিবা মীশক রাংখৈময়ুম গুলাপমচা, কারাম বিহুর, অমসুং চোংথাম মেরামচাবু বেদ মার্গদা লৈবা মীওইশিংনা ভিন্নরোই-দবনী হায়না ব্রহ্মসভানা তাং ২৩-১-৪৭ ইংদা অতোপ্পা নোটিশ অমসু থোক্লে। ব্রহ্মসভাগী য়াই তাখিবা য়ুম্নাশিং অদুদি :—
(১) পরিক্ষিত শর্ম্মা, (২) তোম্বা শর্ম্মা, (৩) গৌরচন্দ্র শর্ম্মা, (৪) গোকুল শর্ম্মা, (৫) চাউবী শর্ম্মা, (৬) লালা শর্ম্মা অমসুং (৭) গৌরদাস শর্ম্মা তারেং অসিনী।

নোটিশ অনি অসী উবা মতুংদা মৈতৈ লাইনিং মরূপকী থবক পুথশিংগী মাকথ অমা তাং ২৫-১-৪৭ ইংদা রাংখৈময়ুম গুলাপমচাগী য়ুম, রাংখৈ অয়াং পল্লিদা ফমদুনা নোটিশ অনি

অহুগী মরমদা কুপ্পা খন্নয়গা ব্রহ্মসভাগী মায়কৈদগী থোকপ্লিবা নোটিশ অম্নি অহুগী ওন্ন-তৈনবা নোটিশ অমা থোকখি। মহুদা মরু ওইনা পল্লিবদি ব্রহ্মসভাগী ৱারেপ অসিনা তাকলিবদি বেদদা ব্রাহ্মণ্না হৌনবী মতুং ইন্না শোন-থাংবগী (পুরোহিংকী) থবক তৌগমী হায়রিবহূ বামোনতনা তৌগদবনী হায়না লৌরু-বদগীনী। বেদনা হায়রিবদি অথঙবনা শোনগদবনী হায়বনী। বেদগী অর্থ লান্না হন্দুনা প্রজা মীয়ামদা নমথাক তৌহনা থোকপনী। মৈতৈ লাইনিং মরূপ্পা তৌরিবা থবকশিং অহু বেদগী মতুং ইন্না য়েংবা তারবস্থু অথঙবনা শোল্লি, লাইরিক হৈবনা লাইরিক তৌই, ঈশৈ হৈবনা ঈশৈ শকই, পুং য়েবা হৈবনা পুং য়েহনা পাঙথোকলিবনী। বেদদা হায়রিবা ৱারোল অহুবু বামোনতগী অধিকারনী হায়বা ৱাকম অসী বেদগী ওন্ন-তৈনবা ৱারোলনী। য়েংখোম গৌরকিশোরবু, পাযন্দিনী হায়বসী চুমদবা ৱাফমী। য়েংখোম গৌরকিশোরবু মীয়াম্না তিন্নবদা অকায়বা করিস্থ লৈত্তে হায়হনা প্রজা মীয়ামদা নোটিশ তৌহনা খঙহনখ্রে।

## চিফ কোর্টতা কেশ চংথবা

মৈতৈ লাইনিং মরূপকী লুচিংবশিংগী মরক্তা লাইখুরাম ইবুংঙোহল (খগেন্দ্রজিৎ), বেদবু নীংথীনা নৈনবা মীশকনী। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মরমদস্থু নীংথীনা নৈনরবা অহুগা মৈতৈ পুরাদস্থু নীংথীনা নৈনরবা মীশক্নী। অহুগা ৱাজনৈতিক্তস্থু মমিং লৈবা মীশক্নী। ইংশোক ১৯২৮ দা কলকত্তাদা অমস্তুং ইংশোক ১৯২৯ দা গুজরাত্তা সবর্মতি আশ্রমদা মহাত্মা অনিরুক উনগ্রবা অমস্তুং ইংশোক ১৯২৮ গী কংগ্রেসকী কলকত্তা সেসন্দা ভিজিটর ওইনা ৱাওহনা গান্ধীগী লাইনিং অমস্তুং ৱারোল পুন্নমক কুপ্পা খঙলবা মীশক অমনী। ইংশোক ১৯৩৫ দা ৱাজনৈতিকী আন্দোলন্দা

খা ৬ জেল তাখিবা মীশক অমত্ত্ব ওইরিবনী। গান্ধীগী লাইশোন পোক্লকম লমদম ঈথাবু নিঙবগী রায়োল, থমোইদা চুহনা লৈরবা মীশক অমনী। পুম্নমক অহূগী মথক্তা ব্রহ্মসভানা মণিপুরদা ইংশোক ১৯৩৬ তগী হৌনা মাংঙি-শেংঙি হায়হনা প্রজাদা অওৎ-অনৈ কয়ামুক তৌরকপহন্থু থেংনহনা লাক্লিবনি। ব্রহ্মসভাগা মাংবা-শেংবা, তিন্নবা য়াবা-য়াদবা হায়বগী মতাংদা থেংনরকপদা লাইথুর'ম ইবুংঙোবলনী মকমদদি অমৌবা মত্তে। ব্রহ্মসভানা মাংঙি-শেংঙি হায়হনা হেক তৌরকপদা প্রজাশিংগী মায়কৈদগী মনিপুর ষ্টেট দরবারদা রাকৎলকপদগী মনিপুর ষ্টেট দরবারনা তাং ১৯/৫/৮ ইংদা ধর্ম্মগী মমিংদা মী মশা মশা শোক্লা নোটিশ তৌদনবা ব্রহ্মসভাদা পাউতাক পীবগী ওদ'র লৈথ্রবনি।

মথক্তী রায়োলশিং অসি কুপ্না থম্নরগা মতম অহূগী মনিপুরগী (লৈময়োন অসিগী) থাইদগী রাংলবা কোর্ট চিক কোটতা মৈতৈ লাইনিং মরূপকী মায়কৈদগী মীওই মঙানা ব্রহ্মসভাগী মথক্তা কেশ অমা থাংগৎখ্রে। মীওইশিং অহূদি—

১) রাংখৈময়ুম গুলাপমচা
২) কারাম বিহুর
৩) চোংথাম মেরামচা
৪) কোকঙাং সনা রাজকুমার
৫) রেংখোম গৌরকিশোর

রাংখৈ লৈকাই অসিনী।

মৈতৈ লাইনিং মরূপকী মীওই মঙা অসিনা তৌরিবা কেশ অহূদি ব্রহ্মসভাগী রাই তাবদা রাওথিবা মত্ন ৭ (তরেৎ) অহূগী মথক্তা তৌবনি। মীওই তরেৎ অসিবু মনিপুর স্টেট দরবারনা তাং ১৯-৫-৩৯ ইংদা ধর্ম্মগী থৎনবদা মী মশা শোক্লা নোটিশ তৌবা রাদে হায়না তাখিবা রাই অহূগী ওন্ন-তৈন-

বদা ব্রহ্মসভানা পায়খৎলক্লিবা থবক অসিগীদমক ব্রহ্মসভাগী রত্ন তয়েং অসিগী মথক্তা দদ্দি পীবিয়ু; মখোয়গী নোটিশ লৌখোকহনবিয়ু হায়বা কেশনী ।

কেশতা চেন্নবিবা ব্রহ্মসভাগী রত্ন তয়েং অতুগী মিং মখাদা পীজরি ।

১) পন্নিক্ষিং শর্ম্মা
২) তোম্বা শর্ম্মা
৩) গৌরচন্দ্র শর্ম্মা
৪) চাউবা শর্ম্মা
৫) গোকুল শর্ম্মা
৬) লালা শর্ম্মা
৭) গৌরদাস শর্ম্মা

ব্রহ্মসভাগী অহানবা নোটিশ, য়েংখোম গৌরকিশোরগী মথক্তা তৌখিবা নোটিশ অহু মখাদা উৎচরি । ব্রহ্মসভানা হায়জবা মতুং ইন্না বরবারগী প্রেসিদেন্টকী ওফিসতগী নোটিশ অহু থোকখি

*Copy of Memo No. 94 dated the 21st January, 1947 from the Bramhasabha to the President, M. S. D.*

শ্রীয়েংখোম গৌরকিশোর সিংহ, সাং বাংখে লাইশ্রম লৈকাই ।

ব্রহ্মসভা বজে ১৬৭/৪৬ নং রাইগী মতুং ইন্না নীপা অসিগী মচা পোকপগী যষ্টি পূজা অমস্তুং য়ুমশেংবনচিংবদা ব্রাহ্মন্না বেদগী হোনবী তৌবা তোক্কুনা নৈতৈনা পুরে হিংকী থবক তৌহনা তৌগ্রে । অমস্তুং ব্রহ্মসভানা শমন থ.বদা সমন লৌ-রোই ঐখোয়দি বেদ অমস্তুং ধর্ম্ম স্ত্রগী ব্যবস্থা চৎতে অমস্তুং চৎলোই হায়না নশানা সহি তৌহনা পীরক্লে । উক্ত নীপা অসী বেদ অমস্তুং ধর্ম্ম শাস্ত্র চৎত্রবনিনা ব্রহ্মসভানা পাবন্দিনী

হায়বা লৌয়ে। পাবন্দি ওইরবা নীপা অসিগা কেন মার্গদা লৈবা মীওইশিংগী ধর্ম্ম-কর্ম্ম অমসুং পংতি খোজরদিংবা ভিরবা যাদে। নোটিশ তৌদুনা লৈপাক্তা খওহনবীদমক খওহনবৈ। তাং ২১।১।৪৭

## STATE OFFICE. IMPHAL

*Memo No. S G 6/47/4 dt. 23-1-47 Notified for information and guidance of the public.*

*Dt. 23/1/47*

*Asst. to P. M. S. D.*

## ব্রহ্মসভাগী অনিশুবা নোটিশ

মহা মহিম শ্রীল শ্রীশ্রী ৺গোবিন্দজীউ ব্রহ্মসভা, নংগী ব্যবস্থা পত্র নকল। ব্র: স: বাজে নং ১৬৭ গী সম্পর্কদা ৪৬ লৈবা বিচারগী যায়।

শ্রীরাংথৈ কালামচানচিংবা সাং রাংথৈ লাইশ্রম লৈকাইদা লৈবা লৈকাইগী মীনা য়েংখোম গৌরকিশোর সাং ভথাদা লৈবগী পুরোহিত কর্ম্ম রাংথৈ গুলামচাংনা তৌই, পুং রৈবনা কারাম বিহুরমা রৈ, লাইথিক তৌবনা চোংথাম মেয়ামচা সিং থাই লমাবম লৈকাইদা লৈবনা তৌই হাই, মসিগী মরমদা সমন তৌবদা সমন লৌ-য়াদবমা মখোয় অসি য়েংখোম গৌরকিশোরগী থবক তৌরুরে অমসুং মত অমতনী হায়না ব্রঃ সঃনা লৌয়ে। অমসুং ব্র: স:বু অপমান তৌয়ে হায়বা লেপ্পদগী উক্ত রাংথৈ গুলামচাং, কারাম বিহুর অমসুং মেয়ামচাবু বেদ মার্গদা লৈবা প্রজাশিংবা কর্ম্ম অপুনবদা ভিরয়োইদবনি হায়না ব্রঃ সঃ না লেপ্পে।

ইতি তাং ২৩-১-৪৭ ইং

শ্রীপরিক্ষিত শর্ম্মা
শ্রীতোম্বা শর্ম্মা
শ্রীগৌরচন্দ্র শর্ম্মা
শ্রীচাউবা শর্ম্মা
শ্রীগোকুল শর্ম্মা
শ্রীলালা শর্ম্মা
শ্রীগৌরদাস শর্ম্মা

চুম্না শিন্দোকচবা
শ্রীগৌরদাস
তাং ২৩-১-৪৭ ইং

মৈতৈ লাইনিং মরূপকী লুচিংবশিংনা পুখো রুবা মনিপুর ষ্টেট দরবারগী ওদ'র কপি মখাদা উবাগনি।

দরবার রায় নকল তজ্জমা

মনিপুর ষ্টেট দরবার ফৌ: রে: ১৭ ব্রজমোহন গোশ্বা-
:৯৩৮

মী সাং বাংখৈ কোন্সম লৈকাই, ফরিয়াদ (১) হনজবম গোপাল শর্ম্মা সাং বাংখৈ নিংথেম পুখ্রি মপাল (২) লাইময়ুম লৈরেন শর্ম্মা বাচস্পতি সাং ব্রহ্মপুর (৩) গুরু অরিবম গুলামজাং শর্ম্মা ভক্তি সিদ্ধান্তনাচংবা ব্রহ্মসভাগী মেম্বর অতৈ সাং ব্রহ্মপুর নহাবম গুরু অরিবম লৈকাই, আসামিগন।- বাই-ব্রহ্মসভানা ফরিয়াদিগী বিরুদ্ধদা এক্স. এ (Ex-A) নোটিশ তৌহুমা মসিগী মরম হংলমহ। দরবারগী মতা ব্রহ্মসভানা তৌরকপা প্রতিবাদ নোটিশ মরাম অসি ব্রহ্মসভানা ব্রহ্মসভা মশা কনজনবা পুকচেল শেংনা তৌরকপগী হায়না নিংই। মরম অহুনা আসামীশিংবু মরাল লৈতে হায়না থাদোক্লে।

তৌইগদবনুং অসিগুম্বা ধর্ম্মসভাকী থংনবগী মী মশা মশা শোক্লা মৌটিশ তৌবসি মায়া তৌহৌরিংদবা অমমি হায়না থল্লী । অমসুং মতুংদা অসিগুম্বা মৌটিশ তৌদনবা ব্রহ্মসভ বু তাক-দবনী । মতুংদা অমুক হন্না অসিগুম্বা নোটিশ তৌরকপদি মপুকচেল শেংনা তৌরকই হায়বতু চিংমকম ওইগনি । সহি মেকদোনেল্ড ১৯-৫-৩৮ সহি শ্যামাচরন সিংহ ১৯-৫-৩৮ সহি ভাস্করসিং ১৯-৫-৩৮ সহি এল, এম, আই, ঊ্রইচ সিংহ ১৯-৫-৩৮ সহি প্রিয়ব্রত সিং ১৯-৫-৩৮ সহি এস, সিং ১৯-৫-৩৮

চিফ কোর্টকী *2nd Bench* না কেশ অসিগী বিচার তৌনবগীদমক তাং ১৬-৮-৪৭ ইংদা কোর্ট কারকুবা মরী লৈনবা নাকল অনিমকী মীওইশিংদা সমন থাপ্রে । কেশকী সমন অহু হেক কংবগা বিচারগী তারিখ যৈথোকুবনচিংবা বিচার তৌহনবা মরোল কয়ামুক লোন্দুনা ব্রহ্মসভাগী মায়কৈদগী চিফ কোর্টতা তাং ১৫-৮-৪৭ ইংদা দরখাস্ত অমা পীশিনপ্রে । মদুগী কপি মথাদা উৎচরি ।

***In the Chief** Court 2nd Bench, Manipur **State Mise Case** No. 91 of 1946-47 petition copy* :— মহা মহিম শ্রীল শ্রীযুক্ত চেয়ারমেন চিফ কোর্ট *2nd Bench* মনিপুর ষ্টেট মহিমাবরে ধর্ম্মসভারেষু. দরখাস্ত শ্রীশ্রী গোবিন্দজী ব্রহ্মসভা মনিপুর বাদি বি: (১) বাংখৈময়ুম গুলাপ-মচা সিংহ সাং বাংখৈ অয়াং পল্লি (২) কারাম বিহুর সিংহ সাং বাংখৈ য়োংলাম লৈরক (৩) কোকশাংসনা রাজকুমার সাং বাংখৈ থাংজম লৈকাই (৪) মৈংথোম গৌরকিশোর সিং সাং বাংখৈ লাইশ্রম লৈকাই (৫) চোংথাম মেরামচা সিংহ সাং লমাবম লৈকাই বিঃ গন, মথাগী কারন মিংয়েং তৌরীবগা চিফ কোর্ট *2nd Bench* ৯১/৪৬/৪৭ নংগী বিচার তৌবীগনু, তাক-

সিয়েল এনকায়রী তৌবিয়ু, বিচার তৌবীদবা য়াক্রবস্থু বিচার তাং স্থগিতি তৌবিয়ু৹ প্রার্থনা। নিবেদন্দিঃ— বিঃ গম্ভা বাঃ ব্রহ্মসভাগী বিরুদ্ধদা ব্রঃ সঃ বাজে ১৬৭/৪৬ নংগী মরীদা মিঃ গনগী মথক্তা তৌবা নোটিশ লৌথোকহনবসি অমস্তুং দরবার ফোঃ রেঃ ১৭/৩৮ নংগী হুকুম অমান্য তৌবগী দন্দি তৌবিয়ু হায়না চিফ কোর্ট *2nd Bench* বাজে নং ৯১ দা দরখাস্ত থাহনা ব্রহ্মসভাগী মনুংদগী মী তরেৎথকপু বিচারগীদমক তাং ১৬-৮-৪৭ ইংদা হাজির তৌনবা সমন ফংজরে। শেমজ-শাজনবগীদমক উক্ত কেশকী মকল তাপ্পোকপা উবা ফংই মঙ্গাদঃ— বিঃ গম্ভা থাবা দরখাস্ত অসি ব্রহ্মসভাগী মথক্তনী, চিফ কোর্টনদি মী ৭ ভবু সমন ১৬৭/৪৬ নংগী কেশ নত্রগা বাঃ গনগী নোটিশ পুমমক ব্রহ্মসভাগী তৌকম থোকপা বিচারদগী থোকপা রাকগ্নী। ব্রহ্মসভাদা য়াওবা মীনা মরম্নাই ওইজবা তানবা থবক তৌরুবা নত্তে, মসি বিঃ শিংগী মশানা ইজহনা থাবা উক্ত দরখাস্তদস্থু ফোংদোক্র। ধর্মগী মরমাদ ব্রহ্মসভাগীনী৹ কোর্টনা খুৎ থিংজিন্দে থনবীহনা বিঃ শিংগী নোটিশকী দাবী লোবীরবা৹ সমন্দা পনবীরকপা মতুং ইন্না দরবার ফোঃ রেঃ ১৭/৩৮ নংগী হুকুম অমানা তৌরে হাত্তবাসদি চিফ কোর্টনা লৌবীহনা মহুগী মরমদা বিচার তৌবীনবা অর্থাৎ অচুম অরান থিবীনবা তৌবীবনি হায়বদি ভশেংলে। মসিগী মরমদা নীং-শিংজানিংবদি দরবার রিজোলুসন নং ১ তাং ২২-৬-৪৮ ইং অমস্তুং নং ৬ তাং ২৭-৭-৩৮ ইংগী মতুং ইন্না তৌবিখিবা দরবার নোটিশ ৫১ সংগী মতুং ইন্না জুদসিয়েল কোর্টনা নত্রগা বর্তমান চিফ কোর্টনা হোৎবী তদন্ত তৌবীরগা রিপোর্ট তৌবীবা নত্রগা হুকুম ককপীরগা লোইরবা। শ্রীযুৎ মহা-রাজনা হাপানংবা মী হাপতুনা লিংবা ওইরবস্থু তৌরিবা থবক

অসী মনিপুরী গৌরিয়ো সম্প্রদায়গী ধর্ম্মগী থবক অমা ভৈদ-
ভমিক ওইনা পুজবনি, মরমাইগী থবক অমত্ত নত্তে। মসী
চিফ কোর্টনস্থ খণ্ডবীরিবনী হায়বদি রিকোগনাইজ তৌবীরিবনী।
চিফ কোর্ট নত্রগা জুঃ মেঃ না কম্রিগুম্বা হিয়মদা তদন্ত তৌবীবা
তারবস্থ ওফিসিয়েল ইনকারী তৌবীরগা অবিসেস খংবীবা
য়াবনি ( চে লুং য়েংবীরগা )। মসী সালিস পঞ্চায়েত কাওবদা
চংলিবা নীয়মনী। ইনকাবীদা চিংনবা মত্রগা লাল্লে খংবীরবস্থ
হুকুম ককপীরগা শ্রীযুৎ মহারাজদা খণ্ডহনবীরগা শ্রীযুৎনা ব্র: সঃ
দ' তাকপীহনা চুমথোক্লবা য়াবনী। মাসি তৌবীদবা উবদা পুক্নীং
লুংশিজে। বর্ত্তমান চিফ কোর্ট সেকেণ্ড বেঞ্চ ক্রৌ: রেঃ ৯১
ওফ ১৯৪৬-৪৭ নংগী বিচার অসিনা তৌবীবা তারবদি বিঃ
শংনা ব্রঃ সঃ গী হুকুম অমান্য তৌবগী মরমদা মেমো নং ৯৩
ব্র: সঃ তাং ১৮/১/৪৭ ইংদা প্রাইভেট সেক্রেটরী টু ঐইচ ঐইচ
দা হৌমবী তৌনবা থাখিবা চে য়েংবীয়ু অমস্থং মহুগা নিষপত্তি
লোইখ্রিবমখৈ বিঃ শিংগুম্বা লমহেনবা প্রজানা ব্র: স: বু অমান্য
তৌবগী মাতক চাবদি তৌবাদবা মথোয়না ব্রঃ সঃ গী বিরুধদা
ঙাংবা মখৈদি কোর্টনা তাবীহনা বিচার হেফমক তৌবীবা অস্থম
তৌরবদি ব্র: সঃ না লৈবাক অসিদা ধর্ম্মগী রায়েনবা ক্ষম
থোক্লরে। অহুগা রা অমনা হন্দকী উক্ত ক্রৌ: রে: ৯১ ওফ
১৯৪৬-৪৭ নংগী বিচার অসী বিঃ শিংনা ব্রহ্মসভাগী মথক্তা
তৌবা দাবীনা. ব্রহ্মসভানা লেম্নগদবনি, সমন থাবীরকপা মী
৭ অসিতগী দায় নত্তে, ব্রহ্মসভা পুম্নমক্কীনি। অহুমা উক্ত
কেসকী বিচারদা খুল্লকী ব্রহ্মসভাগী ক্ষমদি নাইবা মীনা হাজির
তৌজগদবা নত্তে, ব্রহ্মসভা ওইনা হাজির তৌকম থোকই, মরমদি
ব্রহ্মসভানা ব্রহ্মসভাগী ওইনা তৌথবা থবক্কী মরমদা থোকপা
কেসনী ব্রহ্মসভা ওইনা হাজির তৌবা তারবদি সদস্য অমতা
তেকপা য়াদবনা সভাগী থবক লৈতবা লুমিং মত্রবদি উক্ত

বিচার তাংদা হাজির তৌজবা ঙম্মোইদৌরি। খরনা মখক পুরৌরগা খরনা হাজির তৌবগ্নু য়াদে মরমদি ঐখোয় বাধোন্দি লিঙ্কেল য়াম্না মামদে। মখুগা হাজির তৌরবা মী খরতগী অনংশা ওইবগ্নু পামজদে। হৌজিক প্রার্থনা তৌজরিবদি ব্রহ্ম সভাদি থানাঙয়া মিংনা কুপ্পা অমতগ্নু লোইশং থাদোকপা য়াদবনা তাকপীরক্লিবা তাং ১৬/৮/৪৭ ইং সুমিং অসিদি সভাগী থবক লৈবনা অশংবা সুমিং অমদা মত্রবদি হাজির তৌজবা ঙমলোইদৌরি। মরম অসিনা কৃপা তৌবীহুনা উক্ত ফৌঃ রেঃ ৯১ ওক ৪৬-৪৭ মংগী বিচার ব্রহ্মসভা কৌহনা তৌবীগন্নু হাইনা প্রার্থনা তৌজরি অমসুং বিচার তৌবীবা তারবসু বিঃ শিংগী বিরুদধদা উক্ত মেমোদা শ্রীযুক্ত প্রাইভেৎ সেক্রেটরীদা পীশিন-খিবা বিঃ শিংনা ব্রঃ সঃগী হুকুম অমান্য তৌবগী রিপোর্টকী হুকুম কংক্লিমখৈ য়ৈথোকপীয়ু মসিমকন্নু তাবীহনগা উক্ত বিচার তাং ব্রঃ সঃ না শংবা য়েংহুনা য়ৈথোকপীয়ু হাইজবগী মথীদা নিংশিংজরি। ইতি তাং ১৩/৮/৪৭ শ্রীযুৎ মনিপুরেশ্বর মহারাজ-গ্নু কপি অমা রিপোর্টকা লোইননা কচ্চরি। ইতি শ্রীদেব-কিশোর শর্ম্মা অসিনচিংবা ব্রহ্মসভা ব্রাহ্মনগন।

ব্রহ্মসভানা চিফ কোর্ট সেকেণ্ড বেঞ্চদা থারিবা দরখাস্ত অসিদা চিফ কোর্টকী কেশ অসিদি লাইনং মরুপকী মীওই-শিংনা বাদনী অদুগা ব্রহ্মসভানা বিবাদিনী। অদুবু ব্রহ্মসভাগী দরখাস্ত অসিদদি ব্রহ্মসভানা বাদি ওইরগা লাইনিং মরুপকী মীওইশিংনা বিবাদিনী মায়না ইরি। মরক অসিদা তাং ১০/৩/৪৭ ইংদা মনিপুরগী মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা মনিপুরগী লৈবাক ঙাকপগী অহোংবা অমা লাকদৌরিবদুগীদমক শেম্বা কন্সটিট্যুসন মেকিং কমিটি অদু ইনোগুরেৎ তৌরে। মহারাজগী ইনোগুরেল স্পিচ্চ অদু ছাপা তৌহুনা মীয়ামদা খঙহল্লি। মদুগী মনুংদা য়াওবা রারোল খরা মতাং অসিদা পনবা য়াই। মদুদি :—

## মহারাজ বোধচন্দ্রনা হায়রিবখিবা



"থল্লবদা অর বগী মশক্তি। ঐখোয়গী জাতীয় ইতিহাসনা মশাং তম্না চেনজরম্বদগী থৌশিবা, মতুংগী ফলনা লায়রোনগী নীংথিজবা পুম্নমক মমাখিবা, হেরকফম চাউই হায়তুনা নাপল তোরবা জাতীশিংগী মরক্তা ঐখোয়স্ন চাল্লবনি। ঐখোয়গী ইরম্নাই সংস্কৃতি অমস্নুং সভ্যতা লৌরবান। মানিঙ তম্বা জাতিয় ইতিহাসনা ঈচেল থৌখিরমদবা খোল্লবাদ জগৎকী মমাংদা ইরাই হাক্রগংনা, মায় পাক্লা লেপ্পা উম্মগদবনী। ঈচেল হাম্নগী তুগুন তারকপস্নু য়ারকই। মতম থর এখোয়না জ্ঞান মমলুবা থা-দোক্লসী।

ঐখোয়গী পোক্লফম লমদম মনিপুর হায়বসী মানব জাতীগী চাউরবা ঈচেল অহুমগী ঈরোংনী। মহাক্কী সংস্কৃতি অমস্নুং সভ্যতা জগৎতগী তোপ-তোপ লৈরিবনী থোক্লতনী থাক্তি থম থেংনা অরাংবদা হায়গংলিবনী। ..................... মানপুরী জাতীবু নুংশশি। জাতিগী সংস্কৃতি অমস্নুং সভ্যতাবু নুংশিবা মিংয়েংনা য়েংশী। মতম্না য়ানরক্লবা, কুইনা থাঙলক্লবা সাসনবু থাজবা তমসী।

"ঐখোয়গী খেঙ্গথাঙ খুদিংদা ঈশাগী সংস্কৃতি অমম্ভং সভ্যতাবু কাউগনহৌ। ঈশাদা মতম চুশীনবনসী, মতমদা ঈশা পুমহৈ হয়থগনহৌ। নাহরোমশী চম্নমরুবা জাতীয়বু কায়হন্নবগী মশক ওইরব। কনিগুনা আদর্শনা, আদর্শ অহু ফন নীংখিনা অকবা ওইনা ঊত্তনমহৃদনা ঐখোয়বু মতমকতবা ওইসনু। ঈশাগী নত্তবা পোংনা কৈনোম্নুদা ঈশাদা চুনরাই।"

মহারাজগী পাউজেল অসা মহারাজগী অনিঙবহু অয়োয়বা ওইনা লৈবাক মীয়ামনা কোকচোকখ্রনী। অহুগীস্থু মথঙা ইং শোক ১৯৪৫ দা মৈতৈ লাইনিং মরুপকী লুচংবশিংনা পাখঙবা লাইনিংগী থবক চংশিনখ্রে, অমসুং পীখিরো হায়না নিজবদা মহারাজনা অয়াবা পীখিরকনী। মসাং অসিদা ব্রহ্মসভানা মহারাজদগী মতেং ফংগনী হায়না ২ময়া থোক্রবদি রাখল অহু অয়ানবা ওইগনি থনজে। ইরিবা চেয়োল য়েংলুরগাদ মহারাজগী মতেং পাম্নগী বাথলদি ফজনা লৈবা উই। ব্রহ্মসভানা কেসকী বিচার তৌদনবা ফন য়ায়া হোংনবরস্থু চিফ কোর্ট সেকেণ্ড বেঞ্চনা কেশ চংখি। থা খুদিংগী সমন তৌ তৌহুনা বিচার তৌরকপহুনা চহি অনিগী মতুংদা তাং ৭/৫/৪৮ ইংদা বিচার লোইখি। বিচারগী রাই মথাদা উবীগনি।

## চিফ কোর্ট সেকেণ্ড বেঞ্চকী বিচারগী রাই

**In the Chief Court II Bench Manipur State Misc. Case No. 91 of 1946-47(1) Wangkheimayum Gulapmacha Singh of Wangkhei Ayang pali (2) Karam Bidur Singh of Wangkhei Yongian, (3) Chongtham Meramacha Singh**

of Khwairamnabam Leikai, (4) Korngangsana R.K. of Wangkhei Thangjam Leikai, (5) Yengkhom Gourkishor of Wangkhei Laishram Leikai Complainants.

V.S.

(1) Parikhit Sharma, (2) Tomba Sharma, (3) Gourachandra Sharma, (4) Chaobi Sharma (5) Gokul Sharma, (6) Lala Sharma (7) Gourdas Sharma of H H. Bramhashabha accd.

This is a petition filed by the complainants against the accused saying that the accds in the B.S. Misc. case No 167/40 called the plff No. 5 "পাবন্দী" and other Peffs "হিন্দু সমাজনৈ মহুংলা চৈলবে" which is in defiance with the Darbar cril case No. 17/38, so the complt prayed to make the accds with the notice and punish the defdts for disobedianse of orders. We have heard the parties and seen all the relavant papers. The points for determination are (1) Whether the court should order the Bramha-Sabha to withdraw the notice? (II) Whether the Bramhshabha issued the notice in defiause with the said orders in the said Darbar cril. case (III) If it is done whether these dfts should be punished U/S 188 I.P.C. As for (I) We have seen the notice. It is nothing but a notice waling with purely religious and social matters. So the court has no Jurisdiction to interfare with it. As regards (II) the said Darbar case was decided on 19-5 38 but this notice was issned according to D.R. No. 1 of 22-6-38 So, Bramhashabha did not defy the orders of the Darbar cril case No. 17 of 1938. Regarding

(III) as stated in (II) the Brahmasabha did not dis-obey Darbar orders. Even if it is taken for granted that they have dis-obeyed it is not the complainants but it is the authority whose orders are dis-obeyed is to set the law into motion More over what is contemplated in section 188 I.P.C. is not moved and suggested by the complainants. For reasons stated above the accuseds are released. Announced Sd/ L M I.H. Singh 7-5-49 Sd/- Bhaskar Singh 7-5 49.

চিফ কোর্টকী সেকেণ্ড বেঞ্চকী ৱাই অসিনা তাকলিবদি কেস অসী আইঃ পীঃ সিঃ সেক্সন ১৮৮ গী মতুং ইন্না বচার তৌগদবনি অমসুং মাঙ্গ পীবা তারবসু সেক্সন অসিগী মতুং ইন্না তৌগদবনি। অমত্তা আইনগী ওইনা য়েংবা তারবদি complainant শিংনা কেস তৌবদা হায়'ৱবা সেক্সন অসী পপে, কমিশনর্গা সভেসম অমত্তসু লাক্তে। মরম অসিনা accd শিংবু থাদোক্লে হায়না ৱাই তাকুনা কেশ লোইশনখ্রে।

কেশকী ৱাই কপী লেংথোক্লবা মতুংদা মৈতৈ লাইনিং মরুপকী লুচিংবশিং অসিনা চিফ কোর্টকী ফুল বেঞ্চনা বিচারা তৌথিন্নু সেকেণ্ড বেঞ্চকী ৱাই অসী য়াম্নিংদে হায়তুনা অমুক হন্না চিফ কোর্টকী চিফ জর্জদা দরখাস্ত থাখি।

কেশ অসী চংথবনা মৈতৈ লাইনিং মরুপকী পাক্কম নত্তে। মখোয়গী পান্দমদি পাখংবা লাইনিং অসী মীয়ামদা শন্দোকপা লাইনিং-লাইশোনগা মরী লৈনবা ৈংভৌগী চংনবী মতুং ইন্না থৌরম থোক্লকপদা মিংশৈ শকপা শোনবা অসিংসী, মসী কায়দনবগী ময়েকৈদা কন্না তোংনখি। লৈসেমলোন অহিবা হায়বনা কৌবা অচৌবা পুন্না অহুদগী শিন্দোক্লুনা "লৈশেমলোন অহিবা" হায়না কৌবা লাইরিক মচা অমসু কোংথদোকখি। মীয়ামগী পাম্নকপা

মতুং ইন্না "বামোন খুন্থোক্লোন হায়না কৌবা লাইরিক মচা অমসু হৌৱুখি। লৈশেম্লোন অরিবা হায়বা অসিদনা মালেম তাইবংপানবা শেম্লকপগা মরী লৈনবা রারোল য়াওবা লাইরিক্কী। বামোন খুন্থোক্লোন হায়বসিনা মনিপুরদা বামোনশিংনা করম করম্না মতমদা মখম কদাই কদাইদগী থোক্লক্কুনা করম মরম তৌনা মনিপুরদা লৈরকখিবগে হায়রছু ইবনী।

পাখংবা লাইনিং শন্দোকপগী লুচিং পুরেল ওইরিবা লাইখুরাম ইবুংঙোহলনা মীয়াম তিনবা মতমদা অস্মুম্না হায়খি। মশানা পামজবা ধর্ম্ম অমা চংচরিবা. ধর্ম্ম অদুগী হৌনবী কায়দনা থৌরম তৌজরিবা য়েংখোম গৌরকিশোরবু ব্রহ্মসভানা পাযন্দিনী মীয়ামগা তিন্নবা য়াদে হায়দুনা নোটিশ তৌরিবসী য়াওা চমদবনা। চৈতন্য চরিতা মৃতগী শ্লোক অমনা হায়রিবদি অস্মুম লেংনা ধর্ম্মগী থৌরম তৌজরকপদা কায়নবা হোংনরকপা মাওংশিং অদুদি চন্দালনি হায়না লৌগনি হায়না য়াওরিবনি। অদুগীসু মথক্কা মালেম অসিদা তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম কয়ামুক লৈরিবনা। ধর্ম্ম অমা চংপা মীগা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা চংপা মীগা য়েংথীননবা-খংননবা শীনবা অচুম্বা অফবা থবক নত্তে। তেংবানবগী মপুদি অমত্তনি, মানা মানা হায়নিংবা হায়দুনা কৌনিংবা কৌদুনা নিঙজবত্তনী। তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চংপা মী কাংলুপ কয়ানা হন্না হন্না লাউরবসু তেংবানবগী মপুদি অমত্তনী অনিশুবদি য়াররোই। মহাক্না হিংজনবিরিবনা. শিরবা মতমদা লমজিং হিনাউ শাবীদুনা মহাক্কী কুকুম সনচিংদ. মহাক্না পুবীগদৌরিবনী।

তেংবানবা মপুগী সাইওন-লাংওন তৌরকপা মী মরক্তগী অথোইবা কয়া য়াওরকই। মখোয় অদুনা তাক্লম্না পাউতাকশিং অদুনা লাইনিং লিচং ( ধর্ম্ম ) নী হায়না চংনরকপদুনা মালেম

অসিদা তোংঙান তোংঙানবা লাইনিং লিচৎ ( ধর্ম্ম ) কয়া ঐখোয়না উরিবশিনি। অহুগুম্বা তেংবানবা মপুগী সাইওন-লাংওম্লকপশিং অহুবু ঐখোয়না লাইনী হায়না লাওনরিবসিনী অহু ওইরবস্থ তেংবানবগী মপুদি অমত্তনিনা হায়রিবা লাইনিং লিচৎ পুম্নমক অহুগী লমথুংফমদি অমত্তনী। লম্গী অমদবু চৎলবস্থ অমদবু চৎলবস্থ থুংফমদি অমত্তনিনা মী অমনা চৎলীবা লম্গী অহুবু অরানবা লম্গীনি হায়বা চুম্লোই হায়নস্থ হায়খিরম্মী। ঐখোয়গী পোক্লফম লমদম ঈমাবু কাউগনুসী, ঐখোয়গী ঈমা-রোনবু নুংশিসী। নুংশিরবা ঈমারোন অসিনা সিদবা মপুগী মিংথৈরেনবু শোনজবনা ঐখোয়গী নুংঙাইজবা হায়বহু ওইরসী। মহুতদা লাইনিংথৌ পাখংবমা য়াবিগনী অমস্থং সিদবা মপুগী থৌজাল ফংগনী। মৈতৈ পুয়াগী মতুং ইন্না তেংবানবগী মপু কুক্লম সিদবনা মপারী পাখংবদা ফম্বাল শিন্নবা মতয়দা হায়খিবা, পারী নংনা তাইরংবু লমজিং হিনাউ শাবীরকউ হায়না হায়খিবগী ৱারী লৈরি। মহুদগী ঐখোয়না খঙগদবদি লাইনিংথৌ পাখংববু চেৎনা নিঙজরবদি পুন্সিগী অরোয়বা মতমদা লাইনিংথৌ পাখংবনা লমজিং হিনাউ শাবীহুনা তাইবং ঈপাক লানগনি. কুক্লম সনচীংদা পুবীগনি অমস্থং সিদবা মপুগী ঙাংলোদা পুশিনবীগনী হায়বা ৱাখল অসী এখোয়গী থমোইদা চেৎনা থব্রসী, মতম পুম্নমক্তা কাউরগনুসী।

## ইংশোক ১৯৪৭ অসিদা চিফ কোর্টতা অমাং-অশেংগী মরমদা অতোপ্পা কেশ অমহু থোকখি

খ্বাই লমাবম লৈকাইদা লৈবা মৈতৈ লাইনিং মক্লপকী লুচিংবা অমা ওইরিবা চোংথাম মেরামচানা উরিপোক্তা লৈবা লাইময়ুম থাবলমচা শর্ম্মাগী ( পরিক্ষা শর্ম্মা ) গী মথক্তা তৌবা

কেশনী। কেশ অহু চিফ কোর্টকী কুল বেঞ্চনা বিচার তৌখি। কেশ অহুগী হৌরকফম রারীদি মেরামচাগা নকুনা নৈবা বামোন অমগী লৌনা শাবা লাইশঙ অমা হোঙবগী থৌরমদা থৌরম পুন্নমক লোইরহুনা লুক খুনবগী মতাং য়ৌরকপা মতমদা থাবলমচা শর্ম্মানা মেরামচা নংদি অমাংবা লাই নিঙবা মীনি ময়ামগা পংতি ভোজন তৌবা য়াদে অহুনা নংদি লুক খুনবা য়াওগনু হায়হুনা য়াওহনবীদ্রে। মীয়াম মমাংদা ইকাইবা পীবীরে হায়বগী রাকৎনী।

মেরামচাগী মায়কৈদা লাইখুরাম ইবোবীনা শাক্ষি ওইহুনা কেশ লেপখি। কেশকী অহানবা নুমিত্তা বাদি ওইরিবা মেরামচাগী অমস্তুং মেরামচাগী শাক্ষি ওইরিবা ইবোবীগী জবান লৌখ্রে। মথংগী তারিখতা বিবাদি ওইরিবা থাবলমচা শর্ম্মাগী জবান লৌফম থোকপনী। অহুবু শ্রীথাবলমচা শর্ম্মানা চয়োল অমরোম লৈরম্লগা স্বর্গতি ওইখিবদগী কেশ অহু মখা থৎথখিদ্রে। অহানবা কেশ থোকপা নুমিত্তা বিচারগী রারোল তাননবগীদমক মনিপুরগী মায়কৈ কয়াদগী চাউরাক্লা মী লিশিং অহুমলোম লাক্লুনা কোর্টতা তিনখি। মতম অহুগী চিফ কোর্টকী জজ শ্রীকামাখ্যারাম বরুরানা কোর্ট মনুংদস্তু কেশ তাবা লাকপা প্রজাশিংগী মরক্তগী চাউরাক্লা মী ৩০/৪০ রোমদি ফমহুনা কেশ তাহনখি। মতম অহুগী চিফ কোর্টকী জজশিংদি— (১) কামাখ্যারাম বরুরা চিফ জজ, (২) লাইরেলময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, জজ (৩) রাজকুমার ভাস্কর সিংহ—জজ অহুম অসিনি। অহুম অসিমক শুনা লাক্লুনা কেশ অহু চৎথখিবনি।

অস্তুম তৌনা মৈতৈ লাইনিং মরুপ্না পাখঙবা লাইনিং হায়বা লাইনিং অসী চৎথরকপদা অপনবা কয়ামুক মাইয়োক্লখি।

অদুম ওইনমক মীয়ামদি নোংয়-নোংমগী লাইনিং অসিদা চঙশীন্নরকখিরম্মী। থিংঙোম কালাচান্দনা ঈশৈ হনবা ওইরগা নোংথোম্বম লৈরেনজাউনা হুহার ওইরগা ক্ষেত্রি গৌরচান্দনা হনজবা অমস্থুং সেরাম তোম্বীনা হিদং ওইহুনা ঈশৈ নীংথীনা শক্নুনা থৌরম কয়ামুক তৌখি। কালাচান্দনা লৈখিদ্রবা তুংদা চোংথাম ইবোয়াইমনা ঈশৈ হনবা ওইহুনা থৌরম কায়দনা চৎথখি। লাইখুরাম ইবোবীনা সেক্রেটরীগী থবক থাদোক্লবা মতমদা মোইরাংথেম ইবোতোম্বীনা মৈতৈ লাইনিং মরূপকী সেক্রেটরী ওইহুনা মতম শাংনা থবক পুরম্মী। মোইরাংথেম ইবোতোম্বীনা লৈখিদ্রবা মতুংদা লাইখুরাম ইবোবীনা অমুক হন্না সেক্রেটরী ( থৌশীল্লোন ) ওইহুনা মৈতৈ লাইনিং মরূপকী থবক অতৎপা লৈতনা চৎথরি।

মৈতৈ লাইনীং মরুপকী মরু ওইবা থৌগল্লোয় শমজেং-শাবম কোবা অমস্থুং কোইজম তক্পা অনিনা মীশি-মীনা থোক্লবপা মতমদা ঈশৈগী মায়কৈদা অচৌবা শরুক য়ারকখি। শমজেংশাবম কোবনা লান্ন-থৌরমগী ঈশৈ হন্দুনা পাঙথোকপা থৌরম কয়া য়াওগ্রবনী। কোবগী মরু ওইবা থবক্তি পুয়া নৈনবনা ওইবনী।

মৈতৈ লাইনিং মরুপকী ওইনা নুপী পালা অমস্থ লিং-খৎখি। লাইখুরাম নিংঙোল ইবেমহল ( লাইখুরাম ইবুংঙোহল গী মচানুপী ) না ঈশৈ হল্লগা রাংখৈময়ুম ওংবী ইবেমচা ( রাংখৈময়ুম গুলাপমচাগী মমৌনুপী ) না হুহার চৎলগা খুরাই লমলোংদা লৈবী গম্ভীনীনা খোম্বাংবা মকোক চৎতুনা মৌ নৈশাবী ১২ রোম্না পালা ওইহুনা লিংখৎখি। ক্ষেত্রিময়ুম গৌরচান্দগা সেরাম তোম্বীগা অনিনা পুং য়ৈখি।

নাইতোম ওইনা কোইজম নিংঙোল মুহিনিনা মীকম ফম্বা মতমদা ঈশৈ কয়া শকখি।

## কোইজম মুহিনিনা নাইতোম শকখিবা ঈশৈ

ঙসি ইম্মুং ঙানবদা,
পোইরৈ লৈম থৌগলগুম,
কংচরিবা খুদোল অসে,
ম্লবনী খনবীন্নু।
লৈশি লৈথোল হৈত্রিবা,
খোঙমদ্রিবা ঐখোয়না,
ঈপা-ঈপু কৈরাক্তা,
কাখৎচগে থৌরাংবা,
অশোয় অঙাম ঙাকপীয়ু,
ম্রাবৈয় হিনাউ শাবীয়ু,
লৈমরেম্বী মৈতৈগী,
তুংগোই থৌগল পীবীয়ু।

## নুপী পালানা শকখিবা ঈশৈ থরদং

লেঙশীনবীয়ু হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ,
মালেম তাইবং পানবগী মপু।
লৈরোল নোংলোন শেম্বীরকপা,
নুমিৎ-থাবু থোকহনবীবা,
তেংবানবগী মবুংঙো।
থম্মোই থম্বাল লৈয়োলনুংদা,
লেঙশীনবীয়ু লাইনিংথৌ,
শোনজরিয়ে চীংঙুগী কোলোয়।
থৌজানগী মপু ওইবীরিবা,
থৌজানবীয়ু লাইনিংথৌ ॥

## ইশৈ

পুক্লিংগী চেক্লা অপংবী
চেক্লা ওইবী নহৌশা।
চেক্লা নথীক ইনোঙ্গ-নোঙ্গ,
পোম্বী নখৌ ইপোঙ পোঙ।
চেক্লানা চাকতারিঙৈদা,
পোম্বী কায়দোংফম খঙহৌররোই
ঙসি, ঙসি, হয়েং হয়েং,
চেক্লাগী পুন্সী লোইখিদোরে ॥০॥

মপুনা শাম্নরিবা কুম্মৈদো,
তাইবং নৈরাং অপুম্বদা,
শীনবা থুংনা লৈবিরী।
তাইবং থম্নাইগী মপু ওইবা,
তাইবংগী নুংশিথোইবা,
তাইবংবু হিংহনবীবা।
তাইবংবু য়োকপীরিবা।
পাম্নী লুম্নাং লৈকোয়বা,
তাক্লনম্নু খঙলরোই,
য়েংহনম্নু উররোই,
অরেম্পনা খঙগনী।
য়াইবীরেন্দি শিদবনা,
শীনবা থুংনা ·লৈবিরীয়ে ॥০॥

## ঈশৈ ( লৈশেমলোন )

কংলাগীদি ফজবদো,
পান্দমনিংঙাই লৈতবনে।
মায়কৈ নিপান্দা, উমংলেন নিপান,
ময়ায়দা চীংঙুগী লাইফমলেম্নে।
শিমরি থমরি, অমরি, উমরি ;
হী-মরি, নি-মরি, লি-মরি, য়াইমরি,
উমংলেন্না নীংথীজরে ॥০॥

## লাইনিংথৌ পাখংবদা মৈরা কৎপা

খুরুমজরি লাইনিংথৌ,
মৈরা চাউনা কৎচরিয়ে।
কংলাগী সনা শঙ্গাইন্নুংদা,
সনাগী ফম্বাল মথক্তা,
ঙানথোইবীরিবা লাইনিংথৌ।
সনাগী চোঙলেন খাল্লিয়ে,
লুপাগী সেকপীন খাল্লিয়ে,
নীংথিজরে, ফজরে,
পান্দমনিংঙাই লৈখিদরে।
নুমিৎ থানা য়ৌখিদরে,
মালংবন্মু হুমখিদরে,
নীথীজরে, ফজরে,
পান্দমনিংঙাই লৈখিদরে।
মরোল অহুমগী মপু ওইবা,
য়াইফ থোইবা অথোইবা ॥০॥

## পানথোইবী থুরম্বগী ঙুপী পালানা শকখিবা ঈশৈ

ফাওবীরক্লে ইমা পানথোইবী,
ভানথোইবীরে ফম্বালথক্তা।
পাঙ্গল কনবী ঈমানী,
লান্দা থৌবী পলেম্মী।
তম্ফাকোনগী লাইরেম্বীনী.
তাইবংগী থৱাই ওইরিবীনী।
থৌজাল হৈবী ঈমানী,
তোল্লবগী চঙজক্কম্মী।
পারিগী মিংচং মাঙখিনী,
ঈমোমগী শিল্লম কাউখিগনী,
পারিগী মিংচং উৱোং খিনবীরুগে,
মমোমগী শিল্লম তাকপীরুগে হায়না
ফাওবীরক্লে ঈমা পানথোইবী।

ঈমা :—পারিগী মিংচং উৱোং খিনবীরোনে,
নমোমগী শিল্লম তাকপীরোনে,
থৌজাল পীনবীরো, ইমা ॥০॥

### ঈশৈ

মেনকুপ :—পুক্লিং নুংশিনা, মালেমদা তারেনে লুৱাং.
মঙাংগী মখোংবু পায়জরেদো।
চীংঙ্ লাইনিংহনবা,
মপুগী লিক্লম নিংথীজবদো,
লুৱাং ঐঙোন্দা শঙহনবীরো।
লুৱাং ঐগী, থমোইগী অমম্বা,
কোকহনবীরোনে নংগী থৌজালনা।
থমোই তনিক তনিক হায়জরে লুৱাংনা,
মঙ্গাংগী ভাংলোদা চংজরেদো।

লামাই ৫৩ দা লৈরিবা পাখংবগী মিংখৈ ২২ অদুগী মখা তাবা ওইনা মখাগী পাখংবগী মিংখৈ ৬ অসিসু থমজরি। মসিমা অতোপ্পা পুস্তকদগী ফংজবা মরম্মা মফম অমত্তদা থমজখিদবনী।

২৩। পাখংবনা নুমিংকী মশেক্তা লৈয়ে হায়বগীদমক ভস্মা পাখংবা হায়না কৌই।

২৪। পাখংবনা নুমিংকী পুংমায়দা লেপ্লিংগী, মমিংদি তিক ত্তিক পাখংবা হায়না কৌই।

২৫। পাখংবনা নুমিংকী মশেক্তগী থোরকৈংগী মমিংদি লিহিং পাখংবা হায়না কৌই।

২৬। পাখংবনা তাইবং মীগী মশক্তম্মা লৈবগী মিংখৈদি লিক্লাই সনা তনৌরেং পাখংবা হায়না কৌই।

২৭। পাখংবনা নুংজেংদা লৈংগী মমিংদি ওরং শরং পাখংবা হায়না কৌই।

২৮। পাখংবনা ফম্বালদা লৈরিংগী মমিংদি মনিক তরংবা পাখংবা হায়না কৌই।

পাখংবগী মিংখৈশিং অতৈ পুয়াদা ফংজরবা মতমদা মথংগী খুংনমদা মখা হাপচিনজরক্কে।

## লাইখুরাম ইবুংঙোহলনা কোরৌ নোংগাবা

পাখংবা লাইনিংবু হৌদোক্লম্বা লাইখুরাম ইবুংঙোহল (খগেন্দ্রজিৎ) না, মৈতৈ লাইনিং মরূপকী লুচিংবশিংগা ব্রহ্মা সভাগা মায়কৈ অনিগী কাওবুশিংনা চিফ কোর্টতা কেশ থেংনরিংগী মরক অদুদা ইংশোক ১৯৪৮ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ২৭, লাংবনগী ২৪ নি পানবা ইরাই নুমিংকী অয়ুক পুং ৫ তাবা মতমদা তাইবংপান্নবসী থাখোক্লুনা কোরৌ নোংগাহনা

ভেংবানবা মপুগী খুরাখাদা চঙজখ্রে। ইবুংঙোহলনা নোংগাগদবা থা ৫ রোম রাংলিচৈগী মমাংদগী ইবুংঙোহলগী অপাম্বা মতুংইন্না ইংশোক ১৯৪৮ গী জুন হৌগৎলকপদগী মনিপুরগী ভোংঙান তোংঙানবা মফমদা লৈখিবা মরি-মতা শাগৈ-নাত্তে মরূপ-মপাং কয়া শাউ চেন্দুনা পুন্সিগী, অরোয়বা রারী শানখি। মনিপুরগী মীওই কয়াম্মু লাক্লুনা রারী শানখি। মপানগী মীওইশিংগী মনুংদা হোজাই লংকাদগী কৈশাম চন্দ্রসিং, থা ৩ লোম চুপ্পা লৈমিন্নহুনা রারী শানখি। কৈশাম চন্দ্রসিং, পাখংবা লাইনিংবু পাম্না লৌহুনা চংলবা মীশক অমনী। ইবুংঙোহলনা লৈখিদ্রবা মতুংদা লাম থৌরম্নচিংবা পুম্নমক মপুং ফানা য়াওরম্নগা হোজাই লংকাদা হনখি। মনিপুরগী মীওইশিংগী মনুংদা কারাম বিহুর, লাইশ্রম মেরা, চোংথাম মেরামচা, লাইখুরাম ইবোয়াইমা, পাংঙম্বম তরংগো, থোকচোম তোনশিজ মতম শাংনা অহিং নুংথিল খাক্লনা রারী শানহুনা লৈখি। য়াইরিপোক্তা লৈবা লাইশ্রম মেরাদি কুমওন ফাওবা লৈরগা হনখি। মৈতৈ লাইনিং মরূপকী থৌগল্লুপ্তদি য়াওদ্রগা মতম অয়াম্বদা লাইনিং অসিগীদমক হোৎনখিবা রাংথৈময়ুম তিনবীরেনস্থ তোয়না লাকখি। পুং য়ৈবা, ঈশৈ শকপা ময়াম্না চয়োল অমরোমগী মমাংদগী অহিং লেক্লুনা লৈরগা নোংগা থৌরম অহু পাংথোবখি। নোংগা থৌরম অমস্থং লাম্ন-থৌরমগী হৈকৎ-লৈকৎ পুম্নমক চোংথাম মেরামচানা তৌখি। লাইরিক তৌবস্থ মেরামচানা লৈসেমলোন অরিবা হায়বা পুয়া অহু ময়ামদা পাহুনা তাহনখি। ইবুংঙোহলনা নোংগাগদবা নুমিৎ ১০ নি রাংলিচৈ লাংবনগী ১৪ নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিত্তা য়াইস্কুলদা লৈবা অরিবম অমুবা শর্মানা বামোন অনিগা লোয়ননা লাক্লুনা “সংক্ষেপ হোম” হায়না কৌবা যজ্ঞ অহু

পাংথোকখি। হায়রিবা "সংক্ষেপ হোম" হায়বা যজ্ঞ অসী ইবুংঙোহলনা জোতিষ সাস্ত্রদগী লৌথোক্লগা শীজিন্নরম্বনী, মতুংদা অমুবা শর্ম্মাদা শিন্নখিবনী। ইবুংঙোহলগী পুন্সিগী অরোয়বা মতমদা যজ্ঞ অদু পাঙথোক্লগা অমুবা শর্ম্মানা ইবুংঙৌ-হলগীদমক ঈশ্বরদা খুরমখিবনী। যজ্ঞ লোইরবা মতুংদা অমুবা শর্ম্মানা ইবুংঙোহলগী মনাক্তা চঙহনা পুন্সিগী অরোয়বা রারী শানহনা কপ্‌মিন্নখি। যজ্ঞ অদু তৌগ্রিঙৈগী মমাংদা ইবুংঙো-হলগী অয়াবা লৌখি। অসুম তৌনা ব্রাহ্মন কয়াম্ সু ইবুংঙো-হলগী পুন্সিগী অরোয়ব। মতমদা লাক্‌না উনখিরম্বী শ্রীঅমুবা শর্ম্মানা যজ্ঞ অদু তৌরিবগী মরমদি যজ্ঞ অদু মপুং ফানা অথন্নবা মুনিভা পাঙথোকপদা মপোক ৭ লক্তা তৌরকপা কন্তবা থবকশিংগী মহয় (পাপ) কোকই হায়বগীদমক্তা তৌখিবনি।

## পাখংবা লাইনিংগী থবক পাকথোক্লকপা

পাখংবা লাইনিংবু হোদোক্লম্বা লাইখুরাম ইবুংঙোহলনা ইংশোক ১৯৪৮ গী সেপটেম্বরগী তাং ২৭ তা লৈখিদ্রবগী মতুংদদি পাখংবা লাইনিং শন্দোকপগী থবক অসী পাক সন্না চাউ-থোরক্লে। মৈতৈ লাইনিং মরূপকী লুচিংহনা রাংথৈময়ুম গুলাপ-মচা, থওবুরেন, মোইরাংথেম ইবোতোম্বী সেক্রেটরী, কারাম বিহর, রাংথৈময়ুম তীনবীরেন্নচিংবা কয়ানা অকনবা থবক পায়-খংলকখি। চোংথাম মেরামচানা রাজকুমার কেতুকীসনাগা লোয়ননা অতোপ্পা মরূপ অমা শেমগংহনা থবক পায়খংখি। শমজেংশাবম কোবনা থাংমৈবন্দ মায়কৈদা মরূপ অমা লিংখৎহনা থবক পায়খংখি। য়াইরিপোক মায়কৈদা লাইশ্রম মেরা অমসুং পুয়াম মুহোরিনা শীন্দুনা মায়কৈ অদুগী

ওইবা মরূপ অমা শেমজনা লাইনিং লিচংকী থবক পায়খংখি। শিংঙামখা মায়কৈদা ওইনাম ইবোহন. ওইনাম গৌরাচাম অমস্মং হিজম ধর্ম্ম সিংনা লুচিংজনা লাইনিং লিচং অসিগী থবক কম্না পায়খংখি। খুরাই মায়কৈদা তখেলময়ুম মেনজোরনা শীন্দুনা থবক পায়খংখি। নোংচুপ মায়কৈদনা চোংথাম ইবো-য়াইমা, হাওরোংবম নিংথৌ, হুইরেম অজো, কোন্থৌজম থম্বৌ, অয়েকপম ব্রোমোম অসিনচিংবা কয়ানা কম্না থবক পায়খংজনা প্রাখংবা লাইনিং শন্দোকপগী থবক অঙকপা কংনা কনখংলকখি।

অহানবা হৌগংলকপা মতমদদি রাংখৈ লৈকাইদদা মপুং ওইনা ঈশৈগী পালা অমখক্তংনা লৈবাক শীনবা থুংনা মীওই খরগুতনা লাইনিং লিচংকী চংনবী ঙাক্তুনা থৌরম পুম্নমকী শকপ শোনবগী থবক থৌরম পুম্নমক তৌরম্নজনা মফম মফম খুদিংদা, মরূপ খুদিংমক্তা শকপা-শোনবা ঙম্নবা অকনবা থবক পায়খংনরক্তুনা ইশৈগী পালা য়ামথোরকখি। শোনবা ঙম্বা মী মশীং হেনগংলকখি। অস্নুম তৌনা পাখংবা লাইনিং চংপা মীগী মশীং হেনগংলকপগা লোয়ননা থৌরম পুম্নমক পাঙথোক্লবগী শকপা-শোনবা ঙম্বা মীগী মশীংস্থ হেনগংলকখি। অস্নুম তৌনা লাইনিং অসিদা চঙলক্লবা মী খুদিংমক মাগী মাগী থৌরম থোক্লকপা মতমদা অহোবা লৈখিদে। পুং য়ৈবগী মশীং হেন-গংলকই, ঈশৈ শকপা ঙম্বগী মশীং হেনগংলকই। অতোপ্পা কাংলুপ্তা লৈরম্বা কয়া কয়াস্থ মায়কৈ অসোমদা মখোয়গী পুক্লিং লয়শিল্লকখি।

অস্নুম তৌনা চংথরকপা পাখংবা লাইনিং অসী হৌজিক্তি শীংথাবা য়ারবা, মরা চেংলবা লাইনিং লিচং ওইরবলে। মতাং অসী য়ৌশীল্লক্লবা অসিদদি করি করম তৌরগা মালেম

মীরনবা খুংলা শন্দোকপা ঙমগদগে হায়বহ্ খন্নবগী তানজা শুইরক্লে।

## খাগেম্বগী মতমদা পাখংবা নিঙবা

নিংথৌরেন খাগেম্বনা নোংম মতম অহূগী মাইব লোয়শঙ পুরিবা অপোইমচা, লাঙ্গোল লুখোই অমস্তুং য়ুম্নাম তোম্বা অহমগী মফমদা লাইনিঙগী পাউতাক পীবীয়ু হায়রকপা মতুং ইন্না অপোইমচানা খাগেম্বদা হায়খি। হৌজিক কোম্নচক অসিদদি মৈতৈ এখোযগী লাইদি নবুখো পাখংববু হেনবা অমা লৈশরে, লৈবা খিবিক অসী নবুখো পাখংবগী মঙান মমি মশেন ঙাক্নে। নবুখো পাখংবদি চক খুদিংদা মীস্তু ওই লাইস্তু ওইরে খংঙো। মপুরেন লাই শিদবা অসিদি মরোল অহমগী মপুনে. লাইগী লাই অপোইবা মহাক্নে। হৌজিক্তি য়েংহুনস্তু উবা ফংদরে, নীংহূনস্তু মশক লায়না খঙবা ঙমদরে। মনিন্দি তারিয়ে. হে নিংথৌ খাগেম্বও পুক্নিঙ চঙনা তারো। মপু কৌবা লাইদি মহাক্নে। হৌজিক্তি নবুখো পাখংবনা য়াবা লাইনিং লমচৎ খঙনবা হায়গে– পাখংবা লাইনিং হায়বদি মপা খঙবা, থরায় খঙবা, মহাক্কী হকচাংবু উবা ঙম্বা, অমম্বদা ঈকায়বা খঙবা, লাই ওইপ্রবা অহনশিংগী য়াথংবু লৈখা তাহন্দবা, লমচং খঙবা অসী খিবিক অসী নবুখো পাখংবনা য়াবা লাইনিং লমচৎনী। লাইনিং অসি পুক্নিং চেৎনা নিংজোও, নবুখো পাখংবগী থৌজাল কংগনিয়ে হায়না হায়খি। য়ারোলশিং অসী সকোক লমলেন হায়না কৌবা পুম্নাদা য়াওখি। মাইবরেন অপোইমচাগী পাউতাক অহূ চেৎনা থাগোনজরগা নিংথৌরেল খাগেম্বনা লাইনিংথৌ পাখংববু নীংখি। খাগী লৈবাক্কগী "ময়দানব" হায়না কৌবা হিংচাবা অমা লৈবাক অসিদা লাক্লুনা মহাক্কা লান থেংনবা তাব্রবদা খাগেম্বনা

লাইনিংথৌ পাখংববু চেংনা নীংজবদগী পাখংবনা থৌজালবীহুনা থাঙ খোঁবোম্বা হায়রবা অমগা তা খাঙজনহা কৌবা অমগা খুংলাই অনি অসী কংহনবীবদগী খুংলাই অনি অসীগী মতেংনা হিংচাবা অহুবু লাম্দা মায়থীবা পীহুনা লৈমম্নোন অসীদা লৈরিবা মীয়াম্ব হিংচাবগী খায়াম্ভগী কনবা ঙমখি।

## তেংবানবা মপুবু খুরমজরী

লাইনিংথৌ পাখংবগী য়ারী পুম্নমক অসী তাজরগা তাইবং মীওইবনা পাখংবা লাইনিং অসীদা চঙজরগা ইবুংঙো মানা চানবীহুনা তাইবংনা খমুং শায়া তাল্লবা. অমংগী থরয় কুম্নবা মতমদা খুজেং পালোম্নবীহুনা তাইবং ঈপাক লানবীগনী। তেংবানবা মপু. চীংঙু শিদবগী মগায়দা পুশিনবীগনী। তেংবানবগী মপু চীংঙু শিদবা মহাক্তি কুরুম সনচীংদা ঙান-থোইহুনা লেঙদনা লৈবিরি। কুরুম সনচীং হায়বসিদি মালেম শেমদ্রিংঙদা তেংবানবগী মপু সিদবা মাগাক মশামক্তা, পুথোক-চবা সনচীংনী, থোইয়ুম কনানা শেম্বা নত্তে, থোইয়ুম লাই ফাওবনা উবা ফংদ্রবা অহুঙম্নবা থুপ্লবা মফম্নী হায়না পুয়ানা তাক্লি। তাইবংনা থঙবা ঙম্বদি লায়রহুনা থোইয়ুম লাই ফাওবনা থঙবা ঙমদ্রবা মফম অহুদা লৈরবস্থু ইবুংঙো মহাক্না কংলা য়াইকোম্নুং অসিবুদি কদৌঙৈদস্থু খাদোকপা লৈতে হায়না লাইনিং পরয় চেলবা লাইনিংহনশিংনা তাকপিরি।

## ঈশৈ

ভান অখেৎপা

চীংঙু সিদবা ঈবুংঙো,
কংলা সনা ম্যাইকোম্নুংদা,
ঙানথোইব্রিবা লাইনিংথৌ।
নীংথীরবা অশংবা থম্বাল,
সনা তাঙবল ওইবিব্রিবা।
মুক্তাগী চোঙলেন খানবিব্রিবা,
তম্বাগী শেকপীন খানবিব্রিবা।
মরোল অহমগী মপু ওইবা,
ভেংবানববু শেম্বীরকপা।
খ্বাংদা সনা-ফিগে থোনবা,
বোক্তা লুহুপ মনিল নাইবা,
ঙকশমদা "ম্লাই" গী পরেং থোনবা
খোঙদা খোঙজি, খুৎতা খুজি,
নাদা নাশি থোনবীব্রিবা।
খুরুমজরি পঙলবা তাইবংনা,
নিজরিয়ে থৌজালতবু।
মপোক-মপোক লাংঙোল-লাংঙোল,
ননাই ওইবা পীনবিয়ু।
চীংঙুগী লাংঙোল লাংঙোলহুদা,
থৌগলতবু ফংহনবীয়ু।

## তেংথারোল

মেনকুপ

মতম অসী হৌখরেদো,
মিকুপ মিকুপ খুদিংগী।
ঙসি ঙসি, হয়েং হয়েং,
মতম পুম্বা হৌখরেদো,
তাইবং পুক্সিদো লোমখরেদো।
তাইবং ঈপাক্তা তাউরিঙৈ,
ঈরোলনুংদা মুপ্লিঙৈ
থিহৌদরে, চৎনগী লম্বী।
চৎতবদি য়ায়রোইনে,
লমজিং হিনাউ শাবীনবা,
চঙজরোনে মপুগী ঙাংলো।
তোংজেং হিনাউ শাবীহুনা,
পুবীগনী ইবুংঙো মানা,
ফংজরগনী সিদগী ঙাংলো।

## তেংথাবা

মেনকুপ

নুংশিদকো খল্লুবদা,
হে থরাই মঙামক।
নুংশি নুংশি কায়নরেদো,
পামু পামু শেংনরেদো।
পুক্সিগী চেংজেল লোইরবদা,
মপুগী চৈশীং ঙরবদা,
ঙাইবা য়াদে কনাবুম্নু।

মুংশিরবা ঈচা-ঈশু,
পাম্বরবা মরূপ-মপাং,
লোইনা হন্দোকলমলে তাইবংসিদা।
পলেম্মা হিনাউশা,
পনথোনা হীরু ওই,
লানগনী তাইবংগী পাক্লবা ঈপাকসে।
য়োজরগনী কুরুম সনচীংদো,
ফংজরগনী সিদ'গী ঙাংলো।

## তেংথারোল

করি খল্লিবা হে পুক্লীং,
মতম অসী হৌখরেদো।
তাইবং ঈপাকথক্তা,
তাউহনা লৈরুরে।
ঐগীনী মাগীনী খন্দুনা লৈরুরে।
চৎন'গী লম্বীদি থিহৌদরে,
চৎতবদি য়াররোইনে।
অরোরবা মতমদা কনাসু লৈরোই,
ঈথক্ত লাকপনী, ঈথক্ত হনগনী,
কনাসু লোইনরোই হনখিবদা।
পলেমগী ঙাংলোদা চঙজরোনে,
হে পুক্লীং, পলেম্মা লানবীনী,
তাইবংগী ঈপাক,
ফংগনী শোইদনা সিদ'গী ঙাংলো।

## তেংথাবা

অন অনি

চংলোনে থরায়,
কুকুম সনচীংদা,
সিদ'গী তাংলোদা চংজরুরো।
কুকুম সনচীংবু য়োজরগা,
সিদ'গী লৈবোলবু ফংজরগনী,
লৈকোলগী লৈরাং ওইজরুরো।
মপুগী নীংথীবা উমংলেন নিপান,
উজবত্নু ফংজরগনী।
শিমরি, থমরি, অমরি, উমরি,
মপুগী উমংলেন উজরগনী।
হী-মরি, নি-মরি, লিমরি, য়াইমরি,
উজরগনী নুংশিবা থরাই,
কোয়না কোয়না চংতুনা য়েংজো।
নীংথীরবা লমদমনিনে,
পান্দমনিংঙাই লৈতবনে।




—: লোয়রবা :—

লাইরিক ফংফম :—

১। লাইখুরাম ইবোবী :—থাংমৈ কৈথেল অশাংবী, ইম্ফাল।
২। থোকচোম নবচন্দ্র :—থাংমৈ কৈথেল অশাংবী, ইম্ফাল।
৩। মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ :—পাউনা বাজার, ইম্ফাল।
৪। ও, কে স্টোর :—পাউনা বাজার, ইম্ফাল।

মথংদা ফোঙজরক্কদবা লাইরিকশিং :—

১। A Political History of Manipur (1891-1947)
২। থাম্বেং নিপান
৩। শৈরেং তরা
৪। মৈতৈ ময়েক অহানবা ৬শুবা খুৎনম
৫। তাইবং (ড্রামা)
৬। অনিশুবা কুম্হীলান (ড্রামা)
৭। লৈরোল নোংলোন শেগ্না
৮। লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ (২শুবা খুৎনম, তাঙ্কক ১৫ য়াওবা)
৯। খগেন্দ্রজিৎ অমসুং ইরাবত।

হান্না ফোঙপ্রবা লাইরিকশিং :—

১। মৈতৈ ময়েক অহানবা
২। মৈতৈ ময়েক অনিশুবা
৩। লাইখুরাম খগেন্দ্রজিৎ জ্যোতিষ রত্নাকর
৪। মনিপুর প্রজা সম্মেলনী অমসুং অনিশুবা কুম্হীলান
৫। অক্টোবর রিভোল্যুসন, ১৯৩৫, মনিপুর।